

# শ্রীশ্রীকৃষ্ণ

( বাল্য-লীলা )

শ্রীআবীর সিংহ।

# শ্রীশ্রীকৃষ্ণ

## ( বাল্য-লীলা )



ইজবা

শ্রীতেলেম আবীর সিংহ

অঙাংগী রামায়ণ, মহাভারত,

মহাত্মা গান্ধী ইবা।

ফংফম

ওঃ কেঃ ষ্টোর

ইম্ফাল।



[ মমল—লুপা ১·০০



হোদাম নিংথোল থৌরাংবম ওংবী
লৈমাথোন ইবেনগী খুত্তা
কচ্চবা নশুগী "শ্রীশ্রীকৃষ্ণ" লৌখিয়ু।

তোল্লবা নশু
শ্রীআবীর সিংহ।

# সূচীপত্র

# শ্রীশ্রীকৃষ্ণ

## (বাল্যলীলা)



১

### লৈবাকলৈমা তেংথাবা।

দ্বাপুর যুগতা ভারতকী মফম অয়াম্বদা হিংচাবা নিংথৌশিংনা পাল্লম্মী। মখোয়শিংসি য়াম্না থুকন-পাঙ্গনবা নিংথৌ ওইরম্মী। মখোয়দুনা অয়াম্বা প্রজাশিং অমসুং সাধুশিংবু য়াম্না ওৎলম্মী। হিংচাবা নিংথৌশিংসি পাপকী থবক তৌবা, মী ওৎপদা হালেংবা লৈরমদে। মখোয়শিংসি অসুক্কী মতিক মবুক ফংলমদে—মখোয়গী মশাদা অচুম্বা-অরানবা মশক খঙদে। তৌনিংবদা তৌবদা হালেংদে। করিমুক হায়গনি ধর্ম্ম হায়বদু কদাইবু কৌবগে হায়বদু খঙলমদে। মখোয়না ধর্ম্ম চেনবা আর্য্য মুনি-ঋষিনচিংববু য়াম্না শাথীনা ওৎলম্মী। মরাল লৈতবা মীশিংবু ওৎপা অমসুং হাৎপদা মশাদা করিগুম্বদা নুংশিবগী খুদম ফংলমদে। ধম লৈবা মীশিংনা ময়ুন-মকৈ থাদোক্লুনা উমংখামংদা থাংবা ঙমদ্রদুনা মনুম তোংদুনা লৈনরম্মী। পাপীশিংগী পাপকী অরুম্বদু লৈমরেন্না পুবা ঙমদ্রদুনা মণীগী মশক লৌদুনা ব্রহ্মালোক তান্না চৎখি। ব্রহ্মাজীগী মফমদা কপতুনা মখোগী বারমশিংসি হায়দুনা হঙ্গৎখি, "হে জীব পুম্নমকপু শেম্মীরিবা—ঐগী ইথক্তা পাপ ময়ামসিবু পুদুনা লৈবসি থাংবা ঙমজদ্রে; ঐবু কয়া কুইনা পাপীশিংগী পাপ ময়াম অসি পুদুনা লৈজখো হায়বগে? পাপী ময়ামসি মাংহনবিদুনা ঐগী অরাবসি কোকপিরো!"

লৈমরেলগী অৱাবা মাইথোংদু উবদা ব্রহ্মাজীগী থৱাই শোকখি। ব্রহ্মানা মহাদেব, শোরারেন্নচিংবা লাইয়াম পুদুনা ক্ষীরসাগর তান্না লেংখি। মতমদুদা শ্রীভগবানদি মতোক লিশিং অমা পানবা অনন্তগী থক্তা চেপতুনা, ইবেম্মা লক্ষ্মীদেবীনা স্নাখোং থৌগন্দুনা লৈরমই। ব্রহ্মাজীনা খুৎ লোম্নদুনা শ্রীভগবান্দা লৈবাকলৈমগী অৱাবা পূম্নমক অমম্বুং মর্ত্ত্যদা তৌরিবা অধর্ম্মশিংনা ধর্ম্ম লৈবশিংগী মথক্তা শুৎলিবা পূম্নমক শিং-শিংমা হঙ্গৎলে।

লৈবাকলৈমগী অৱাবা-মুংভাইতবা পূম্নমক তারগা শ্রীভগবান্না লাইয়ামশিংবু থেমজল্লকই। ব্রহ্মাজীদা তাকপিরকই, "লাইয়াম পূম্নমক! কর্রিগনা মুংশা খিরগনু অমসুং কীগনু। হিংচাবশিংদো পাপ্না মশা পূপ্না থল্লবনি। মথোয়শিংদু ঐনা থুনমক মাংহল্লগনি। ঐ থুনমক মর্ত্ত্যদা অবতার তৌরগনি; ফত্তবশিংবু মতিক চাবা দণ্ড পীরগনি; অমসুং ধর্ম্মচেনবশিংবু কল্লগনি। মথুরা কৌবা লৈবাক্তুদা বসুদেব কৌবা ঐগী য়াম্না মুংশিরবা ভক্ত অমা লৈ। মহাক্কী মতু ধর্ম্মচেনবী দেবকীগী গর্ভদা ঐ পোকর্নি। নখোয় পূম্নমকসু যদু শাগেদা চংবিদুনা পোকপিয়ু অমসুং ফজ্রবা হিংচাবশিংদু মাংহন্নবা থোৎনবদা তেংবাংবিয়ু।" ভগবানগী য়াথং তাবদা লাইয়াম পূম্নমক হরাওনখি। শ্রীভগবাননা লৈমরেলবু থেমজন্দুনা বিদায় পীখি। লাইয়ামশিংসু ভগবানগী য়াথং ফংলদুনা মাগী মাগী লোক্তা হন্নখি। লৈমরেলসু ভূলোক তান্না হল্লকলে; বিষ্ণু ভগবান্না য়াম্না থুনা অবতার তৌবিরক্নবা নিংজদুনা লৈর্জখি।

---

# মথুরা অমসুং কংস।

মথুরা অমসুং মথুরাগী মাযকৈ মরিদা লৈরিবা অনকপা লমশিংসি হিন্দুশিংগী য়াম্না শেংলবা তীর্থনি। মফমসিদা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না অবতার তৌখি অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী বাল্যলীলা শারখি।

মথুরা হায়বসি যমুনা তুরেল মপান্দা তাবা সহর অমনি। ইউঃ পিংগী মতুংদা লৈবা লৈবাক অমনি। ত্রেতা যুগতদি মফমসি য়াম্না শুকখ্রবা জঙ্গল অমা ওইরমই। মফমসিদা মী-নুং অমফাওবা তারম্দে। মফমসিদা য়াম্না তমথিরবা মধু কৌবা হিংচাবা অমগী পোক্কফম ওইরমই। মরমদুনা উমংসিগী মমিং মধুবন হায়না কৌরমই।

মধুগী মচানুপা লবন হায়বসি য়াম্না ফত্তবা হিংচাবা অমা ওইরমই। মহাক্না যাগ-যজ্ঞ-হোম-জপ তৌজরিবা মুনি-ঋষিশিংবু শাথীনা ওংলমই। যোগীশিংনা থাংবা ঙমদ্রদুনা অযোধ্যা সহর তান্না লাক্কুনা শ্রীরামচন্দ্রজীগী মফমদা লবন হিংচাববু হাৎপিয়ু হায়না হায়জরমই। শ্রীরামচন্দ্রনা লবনবু হাৎনবগীদমক্তা মনাওতোন শত্রুঘ্নবু থাখিরমই। শত্রুঘ্ননা লান্মী পুডুনা মধুবন তান্না যাত্রা তৌখি। লবনগা লোয়ননা অকনবা লাল থেংনখি। লান্দুদা শত্রুঘ্ননা ঙমদুনা লবন হিংচাববু হাৎখি। শত্রুঘ্ননা জঙ্গলদু মথুরা হায়না থোন্দুনা সহর শেমগৎখি।

মথুরা সহরসি চহি কয়ামুক্কী মতুংদা যদু শাগেনা লৈবাক ঙাক্লকই। যদু শাগেনা মথুরাদা পানবা মতমদা সহরসি য়াম্না ফজরমই অমসুং চাউখৎলমই। যদু শাগেগী মতুংদা সুরসেন কৌবা খুকন-পাকনবা

নিংথৌ অমা লৈরমই। সুরসেনগী ধারাদা আহুক পোকই। নিংথৌ আহুক্কী মচা অনি পোকই। অহনগী মিংনা উগ্রসেন কৌই অমসুং অতোনবগী মিংনা দেবক কৌই। নিংথৌ উগ্রসেনগী মচানুপানা মাপন অমসুং মচানুপীনা মঙানি। মচানুপা মাপনগী মনুংদা কংস কৌবা অমা য়াওরমই।

হায়রিবা কংস হায়বসি হিংচাবগী বীজনা হুনখিবা মচানি। মমাংঙৈদা উগ্রসেনগী মতু রাণী কংসগী মমাসিনা মপামদা লাকপদা নোংমা লৈকোন্দা শান্নদুনা লৈ। মতমদুদা হিংচাবা অমনা উগ্রসেন শাদুনা উনখি মদুদা কংসসি পোকখিবনি হায়নৈ। কংস হায়বসি মবুক য়াম্না ফত্তে। মহাকসি মগধ দেশকী নিংথৌ জরাসন্ধগী মচানুপীগা লুহোংখি। জরাসন্ধ হায়বা নিংথৌসি পোকপদা হকচাং তংখাই তংখাই পোকই হায়দুনা মাগী মমিং জরাসন্ধ থোনখি। নিংথৌসি য়াম্না থুকন-পাঙ্গনবা নিংথৌনি! নিংথৌসিগী মতেংদগী কংসনা মপা হন্নুবা উগ্রসেনবু কৈশুমশংদা থম্লগা মথুরাগী সিংহাসন মুনখি। মপাবু শাথীনা তৌদুনা রাজগাদী মুনবদু প্রজাশিংনা থরাই শোক্লখি। মাগী ওইজবা য়েংবা—মীনুংশি থঙদবশিংদু প্রজাশিংনা ঙাংনখি। মঙোন্দা ঙাংলবা হৌনদবা থবক্কি হায়না ঙাংনবা অচৌ-অশাং অমসুং প্রজাশিংবু কংস নিংথৌনা য়াম্না শাথী-শাথীনা মরাল পীখি অমসুং হাংতোকই। মহাক্কী ফত্তবা মরমচংদুনা মীপূম অয়াম্বা মথুরা থাদোক্লুনা কুরু, পঞ্চাল, বিদর্ভনচিংবা দেশতা থুন্দাখি। মথুরাদা লৈহৌবা জীবশিংনা কংস নিংথৌবু য়াম্না কীনা তুক্কচনা লৈরমই।

---

৩

# বসুদেব-দেবকী লুহোংবা।

উগ্রসেন মহারাজগী মনাও দেবকসু মচানুপা-নুপী পোকই। মচানুপীশিংগী মনুংদা দেবকী কৌবী য়াম্না পুকচেল তপ্পী অমসুং ফজবী অমা য়াওরমই। যদু শাগৈগী মনুংদা সুরসেন হায়বসিসু য়াম্না খুকন-পাঙ্গল্লম্মী। সুরসেন্না বসুদেব কৌবা য়াম্না গুণচেনবা, ধর্ম্ম লৈবা মচা অমা পোকই। দেবকীবু বসুদেবগা লুহোংখি। দেবকনা মচানুপী দেবকী লুহোংবদা য়াম্না উনখি। মথুরাগী নিংথৌ কংসসু মচনগী লুহোংবদা য়াওখি। নিংথৌনা মচন অমসুং মশেনগী লুহোং-বদা য়াম্না পেনখি। বসুদেবগী য়ুমতান্না থিনবদা মচনগী দোলাই থৌদুনা থিনখি। দোলাইগী মনাংদা পুং-শেল য়ৈদুনা মথুরাগী মীপুম অয়াম্বা হরাও-হরাওনা থিনখি।

স্না লমজাওদা কংস মহারাজনা রথ থৌদুনা চৎলিঙৈদা আকাশ-বাণী লাউথরকই "হায় কংস হায়বা অপঙবা নিংথৌ! নংনা য়াম্না হরাওনা দোলাই থৌরিবা মচন নুপী অদুগী নিপানশুবা মচানুপাগী মখুত্তা শোইদনা নথরাই থারগদবনি।" আকাশবাণীদু তেক তাবদা কংশ মশা থক থক নিকই। মশাদু শাওবনা অসিনি হায়ফম খঙ-খিদরে। দোলাইদগী ফন চেংথদুনা মচন নুপীগী মশম পাইদুনা লৈবাক্তা চিংথৈ। নাকন্দগী থাংশাং চিংথোকতুনা মরাল লৈত্রবী মচনগী মঙক কককে হায়দুনা হোৎনরক্লে।

থৌদোকসি উরদুনা বসুদেবনা দোলাইদগী চেংথদুনা মখুং অনি লোম্নদুনা কংস মহারাজদা হায়জরকই। "হে নিংথৌরেল, করি মতৌ

কৌবগে তৌবিরিসিবো ? ক্ষেত্রিগী নিংথৌরেল অমনা নচনসু ওইরবী মুপীজাবু হাৎপিগে তৌরিবা ? ষণ, ব্রাহ্মণ, মুপীবু হাৎলবদি শোইদনা কুম্ভীপাক্তা লুপ্পগদবনি। আকাশবাণীসিদা মহারাজনা চিংনবিরবসু ঐনা রাশকচরিবসিনি—"দেবকীনা পোকপা মচা পূম্নমক মা খুৎতা কচ্চগনি। মহরাজনা তৌবিনিংবদা তৌবিয়ু। নচনমুপীগী মথরাই-দদি কনবিয়ু।"

বসুদেবনা য়াম্না হায়জরবা মতুংদা কংস মহারাজন্থ অশাওবদগী থর হন্থরে। দেবকীগী মশম পাইরম্না অমসুং থাংশাং হাইগৎলম্বা কংসনা থাদোক্লে অমসুং থাদরে। ভগবানবু খুরুমজহনা দেবকী বসুদেব অনিদো ময়ুমদা থুংজরে। মীয়াম পূম্নমকসু মতুংদা করি থৌদোক থোক্লগদবনো হায়না পুক্নিংদা চিংন-চিংননা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।

---

৪

## অঙাং পোকপা।

কংস লিংথৌনা দেবকীবু থাদোকখিবদগী পুক্নিং রাইশংবা লৈখিদে। মমং-মহা ফাওবা চিংনবা অমসুং অকীবনা মহাক্কী লোয়নবা ওইখি। আকাশবাণীসিনা অচুম্বা ওইরবদি করম তৌরগা থুদোং থিগদবসিদগী কোক্কদগে হায়না খনবনা কংসগী মথৌ ওইখি।

অসোমদা বসুদেব দেবকী অনিহু য়ুমদদি লৈজরে হায়রবু অরাবা রাখম্না পুক্নিং ডাইহাক্তা পোথাজবা ঙমদে। মতমগী খোংলৈ চুংইম্না দেবকী গর্ভ পুরে। বাসুদেব-দেবকী অনিহু গর্ভদা লৈরিবা

অঙাংডুগীদমক্তা খনবদা অরাবগী ঈপাক্তা লুপখ্রে। নিংথৌরেল কংসদা অঙাং হেক পোকপগা কংকনি হায়না ক্ষেত্রি মচাগী রাশক ঙাকফম থোক্লবসু মচা কাইনবা য়াম্রবা নুংশিগী থৌরি থদংকদবা রাখলডুদা বসুদেবদো চাংজো নাইদ্রবা ঈপাক্তা তানগুম তাউখ্রে।

থা তরা মপুং ফাডুনা দেবকী গর্ভদা মচানুপা অমা পোক্লে। হেক পোকপগা হিন্দুগী হৌনবী মতুংইন্না শেংদোকলগা রাশক ঙাক-নবগীদমক্তা মচাগী নুংশিবা মশকতু তুংলোমদা হুন্দোকখিডুনা বসুদেবনা অঙাংডু পুডুনা কোমুং তাননা থোংশানখি। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংডু কংস নিংথৌগী মমা খুত্তা কংখি। বসুদেবগী রাশক ঙাকপডু উবদা কংস পেনখি। নিংথৌনা অঙাংডুগী মাই-থোংদগী করিগুম্বা অকৌবা অমতা পোকতে। মরমডুনা মহাকনা বসুদেবদা হায়রকই—"নহাক অঙাংসি পুডুনা চচ্চখরো। অঙাংসি এ্রঙোন্দা থোইদোকপা কান্নদে।"

নিংথৌরেলগী য়াথং ফংলডুনা বসুদেবনা হরাওবগা লোয়ননা অঙাংডু পুডুনা ময়ুমদা চনখি। মতমসিদা স্বর্গদগী দেবর্ষি নারদনা বীণা খুত্ত পাইরডুনা মমা কোমুংদা চংলকই। মহারাজনা নারদবু য়াম্না তরাম-ত্রাম্না তৌখি। হৌনবী অতিথী সেবা তৌরগা কংসনা নারদজীদা হংজরকই—"মুনিদেবনা লেংলকপদি করি করি পাও লৈবগে, স্বর্গ-মর্ত্য অনিমক্তা নুংঙাইবা পাও তম্মীয়ু।" নারদ মুনিনা খুমলকই—"হে নিংথৌরেল! ঐনা লাকপসি মহারাজগীদমক লাকপনি মরমদি দেবকীগী গর্ভদা পোকপা নিপানশুবা অঙাংডু শ্রীভগবানগী অবতারনি। অঙাংডুগী মখুত্তা হে নিংথৌ নং শোইদনা

শিরগদবনি, আকাশবাণীদু অচুম্বমক্নি। বসুদেব দেবকীনচিংবা যদু বংশশিংসি লাইশিংগী অংশ অবতার ওাক্তনি। পৃথ্বীমাতানা পাপীশিংগী অরুম্বশিংদু পুবা ওমদদুনা ব্রহ্মাজীদা ৱাকৎলুবদগী—ব্রহ্মানা শ্রীভগবানদা হায়জদুনা শ্রীভগবাননা ধর্ম্ম চেল্লবা মনাই ময়াম কন্নবা অবতার তৌরগদবনি। গোকুলদা লৈরিবা গোপ-গোপী পূন্নমকসিমু লাইশিংগী অংশ অবতার ওাক্তনি। নখোয় নচিন-ননাও ময়ামসিদি হিংচাবা ওাক্তনি। পাপকী থবক্তা পুক্নিং চংলিবনি। নশা অমসুং নখোয়গী জাৎপু চোকশিন্নবগীদমক্তা ঐনা তাক্লিবনি।” মথক্কী ৱাহৈশিংসি হায়রন্নগা নারদ মুনিদু শ্রীভগবানগী কোলোইবু শকতুনা কংস মহারাজগী কোন্নুংদগী হনখ্রে।

কংস মহারাজদু শাওবগী ওমখে লৈতরে। মশাদু অকনবা নুংশিত্তা নোম্বা উনাগুনখ্রে। মমিৎ অনিদু ঈমুক ওাংখরে। ময়া কুনথ্রাদু ক্রক ক্রক চিকখ্রে। লৈমাইথক্তা লেপ্পা ওমশিল্লক্তরে। চিংনদুনা লৈরম্বা নিংথৌ কংসদু অচুম্বদা হায়বা নারদগী ৱা তাবদগী শোইদ্রবনি খওলদুনা মনাই-মশনকা কৌরমদনা থুনা য়াংনা বসুদেব দেবকী অনিগী য়ুম তান্না চৎখি। নিংথৌ লেংখরে খওলদুনা ওাকশেন্বা মনাইশিংনা মখুওা মত্তিকচাবা খুৎলাই পাইদুনা তুং ইন্নরকই। বসুদেবগী য়ুম হেক য়োৎগা কংসনা চংশিন্দুনা ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়দনা দেবকীগী তম্পাক্তা পমদুনা খোল্লাং ইল্লিবা অওাংদু লৌথৎখি। নাকন্দগী থাংশাং শত্তুনা অওাংদু মমা-মপা অনিগী মমাংদা মওক ককখি। মরাল লৈত্রবা অওাংদুদা হাৎপা নত্তুনা মচন অমসুং মশেন অনিবু য়োহ্লিং চনশিন্দুনা মনাইশিংগা লোইননা কৈশুম-শং তান্না পুরকই।

শুকখ্রবা মীহাৎপনা লৈগদবা কৈশুমশংদা থমজিনখি। কৈশুম-শং পানরিবশিংদা নিংথৌনা হায়খি—"য়েংউ, য়াম্না চেকশিন্না অনিসিবু ঙাক্কদবনি। মখোয়না অঙাং হেক পোকপগা এঙোন্দা তাক্কদবনি। করিগুম্বা শোইদুনা অনিসি চেনখ্রবদি কৈশুম শংদা লৈরিবা থবক তৌরিবা নখোয় পূম্নমক ধারাগা লোইননা কংস এনা হাৎকদবনি।" অসি হায়রগা কংসদু কোন্নুং তান্না হনখ্রে।

গোকুলদা লৈরিবা নিংথৌ নন্দসি কংস মহারাজগী মখাদা পানবনি। নিংথৌ কংসনা নন্দ নিংথৌ অমস্রুং গোপ-গোপীশিংবু নুংশিদবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌরক্লে। খাজনা হান্নদগী হেন্না লৌখৎলক্লে অমস্রুং ওৎপ-নৈবা য়াবা য়েংদুনা ওৎখৎলক্লে অমস্রুং নৈখৎলক্লে।

কৈশুম শংদা বসুদেব দেবকী অনিদু য়াম্না রানা শ্রীভগবানগী কোলোই শকতুনা লেনখি। ভগবানগী লীলা মতুংইন্না মচা তরুকথক মথং মথং ওইনা পোকখি। পোংঙাকপশিংনা মতম চানা চানা কংস নিংথৌদা হঙ্গৎখি। ফত্রবা নিংথৌনা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং তরুকমক নুংপাক্তা হায়হৎতুনা হাৎখি। তরেৎশুবা অঙাংদি গর্ভপাৎ ওইখি।



৫

# কৃষ্ণ অবতার।

অশোনববু কন্নবা—অনংববু ঙাকপিনবা—অচুম্বা মীশিংবু অয়ান-বদগী কন্নবগীদমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দেবকীগী নিপানশুবা মচা ওইনা পোকখি। থবান থাগী নিন্দুংগী নিপান্নি পানবনি। নুমিৎ-তুগী অহিংতু অস্নুকী মতিক থীনা মম্খি। য়ারী লিবশিংনা অসুম্না মম্বদা তাকনৈ—মদুদি থাশিগী অহিংদা নোংস্নু অতৎ-অথম লৈতনা চুগবা মতম, শুকখ্রবা উমংগী মনুংদা লৈবা থোং অমতা ফাংপা ফুয়াগী মনুংদা কনাগুম্বা মী অমনা মমৎ উইশিন্দুনা লৈবদা মম্বদুগুম্বনি। নোং-নুংশিৎনা খঙহৌদনা মতম চাদনা প্রলয় তৌগদৌবগী মতৌগুম্না তাখি অমসুং শিৎখি। মী পূম্নমক মপান-ইপান অমতা থোকপা ঙমখিদে। মথৌ-মথৌ থাদোকতুনা তুমিন-তুমিন লৈনখি। হঙোই কাংবুনা হয়াঙবগা লোয়নবা খোংবনা মথুরাপুম্বা পুমনিন নিনখি।

অহিং নোংযাই য়ৌশিল্লক্লে। ইখঙ-খঙহৌদনা অমম্বু অঙান-বনা লাপ্না তাঙ্গোকপগুম মত্রালোক পূম্নমক ঙানংরে। তারম্বা নোং তাখিদরে। কন্না শিৎলম্বা নুংশিং লিরি-লার শিকংলে। নোংদোন্দা উরমদবা থয়ানমিচাক পূম্নমক হৈরং-লংনা থোক্লরক্লে। দেব সভা পূম্নমক নোংদোনথক্তা শ্রীভগবানগী শাইয়োন য়েংনবা ঙাইহুনা লৈরে। নোংয়াইগা যুগকমক্তা মম্নবা শুক্লবা কৈশুমশংগী মনুংদা শ্রীভগবাননা পুমলং লংনা দেবকীগী গর্ভদগী চোংথোরকই। খুৎ মরি পাল্লি, মোৎবুং-চক্র গদা অমসুং শম্বালনা খুৎকী থৌগল তৌই। কোকথক্তা মণি-মুক্তানা থাম্নবা মুকুট থোল্লি। ঙক্তা মণিগী পরেংনা লৈতেংই। মুয়বা লৈচিনগী মরক্তা থোরকপা শংবান্নবা নোংগী কুচুনা লৈতেংখি।

অসিগুম্বা তুজুংবগী মশক ওইরবা শকলোনহু বসুদেব দেবকী অনিনা উজরদুনা, খুবাং তরা লোন্নজদুনা, খুয়াখাদা খুরুমজখি। কৈশুম-শংগী অৱাবা পৃম্নমক কাওখিদুনা ইবুংঙোবু উজবা ফংজ-বদুদা মুংঙাইখিদুনা, খুরু-খুদক লৈতাজদুনা খুং অনি লোন্নদুনা, বসুদেব দেবকী অনিনা হঙ্গৎচখি— "ঐখোয় অনিনা নহানমুক্কী মপোক্কী তৌজমল মহৈদগী ইবুংঙোবু উজবা ফংজরে। ননাই অনিবু কনবিগে-ঙাকপিগে লেংবিরকপনি।" মনাই অনিগী ৱাদু তার-দুনা শ্রীভগবান্না তাকপিখি— 'হে পুকচেল শেংলবা-শেংলবী! নখোয় অনিনা নহানমুক্কী মপোক্তা ঐবু অসুক্কী মতিক চেৎনা নিংজখি। ঐনা পেল্লদুনা নখোয়দা বর পীগে হায়না ৱাশকখি নখোয়না ঐগা চপমান্নবা নচা অমতং পোকচগে হায়না নিখি। ঐনা বরদু পীখি। ঐগা মান্নবা মীদি কনা লৈতবনিনা, ঐ ইশামক নখোয়গী নচা ওইনা অবতার তৌরিবনি। ঐবু নখোয়গী নচানি হায়না খঙ্গরো।" শ্রীভগবানগী য়াথংদু তাবদা বসুদেব দেবকী অনিদো চমখৈ লৈতনা পেঙ্গরে। খুং অনি লোন্নজদুনা বসুদেবনা হঙ্গৎচরকই—"হে য়েক্লবা মাংহনবা ইবুংঙো। ননাই লাইবক থীব-গীবী অনিগী অৱাবা কোক্লগনি নিংজরে। তাইবংসিদা লৈরিবা ফন্তবমখৈ চাৎপিদুনা অতোনবা মরাল লৈতবা লেংলি-পাল্লিবশিংবু কনবিরগনি নিংজার। ননাইদা করি য়াথং তাক্পিগনি।" বসুদেবগী ৱাড় তাবদা শ্রীভগবাননা তাকপিরকই— "ঐ তৌজিক-মক অঙাং ওল্লগদবনি, য়াম্না থুনা-য়াংনা ঐবু গোকুলদা পুদুনা চৎলু। গোকুলগী নিংগৌ নন্দগী রাণী যশোদাগী মতম্পাক্তা ঐবু

থম্লগা, মাগী মচানুপী পোকপদা ঙাইরিবীদু পুরকউ। ঐবু পুদুনা চংপদা নশাদা থাংলিবা য়োত্নিলং-ফলাং কৈশুমশংগী থোংজাওনচিংবা পূম্নমক মতোম মতোমতা হাংদোকচগনি। গোকুল-বৃন্দাবন্দা বাল্য-লীলা শান্নখিনি।" ব্রাহৈসি তাকপিরম্লগা নিংথিজরবা শুক্ষ্মৎনবগী মশক ওইরবা শকলোন্দু হুন্দোক্তুনা অঙাং ওনথরে।

—————

## ৬

## গোকুলদা থৈবা।

শ্রীভগবানগী য়াথং ফংলদুনা বসুদেবনা অঙাংদু তম্পাক্তা পম্থংলে। কৈশুমশংগী থোংজাওয়োমদা মাই ওল্লক্রে। খুদক অদুমক্তদা খুৎ-খো অনিদা পুল্লিবা য়োংকী য়োম্লিংশিংদু মথন্দা পোপ-পোপ তাখি। থোংজাওদু মতোমতা হাংদোকচখি। কৈশুমশং ঙাকলিবা মীপূম খুদিংমক তুমগুন হুনখি। তোম্লিবা থোদোকশিংদু মখোয়না করিমতা খঙখিদে। মথুরা সহরদু অসুক্কী মতিক চীকখি, কনাগুম্না অমতা খোঞ্জেল থোকখিদে। লৈরিবা মী-পোং, শা যণ, উচেক-ব্রায়া ফাওবা অশিবগী পান্দমগুম্না তাদুনা লৈনখি। ওন্তোকপনি, ভগবানগী লীলা! কৈশুমশংদগী হেক থোরকপগা, অঙানবা পূম্নমক্ লোৎখি অমসুং নোং তাবা হৌখি। ইবুংঙো চোত্তনবগীদমক মঙোক লিশিং অমা পানবা অনন্ত কৌবা লীম্না মতোক লিশিংদু ফন্দুনা অমসুং বসুদেবগী লম্বী খঙনবগীদমক্তা মপিশিং ঙালহন্দুনা থৌগনখি।

গোকুল চৎনবগী লম্বীদা যমুনা চেল্লি। থব্রান থাদি মোঙজু থানি। যমুনা তুরেল অদু চাংজো পন্না লৈবা মতমনি। ঈচেন কল্লা চেল্লি। বসুদেবনা অকীবা লৈতনা শ্রীভগবানগী য়াথং কোকথক্তা হাপত্তুনা চৎলিবনি। ঈচেন কনবা যমুনাগী বাঙল খন্দনা কুমথরকই। বসুদেবনা হেক কুমথবগা যমুনা দেবীনা ইচাউ চাউনা লম্বী অমা ফাংখি। ইরাই লাইনা বসুদেবনা গোকুলগী কোন্নুং, নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাই য়ৌখি। অঙকপনি, ভগবানগী লীলা! নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাইদা লৈরিবা নন্দ—যশোদা, মীনাই-মীশন পূম্নমক অশিবগা মান্ননা তুমদুনা লৈখি। কনাগুম্বা অমতা হৌগৎখিদে। থোং-নুং পূমহাং হাংদোক্লুনা লৈরমই। নন্দ-যশোদানচিংবদু অঙাং পোকখি হায়বদি খঙই; অম-হিকসুং নুপা-নুপীনি হায়বা ফাওবা খঙখিদে।

বসুদেবনা যশোদাগী নাক্তা অঙাংদু থম্লে। যশোদানা পোকচবী মচানুপীদু বসুদেবনা লৌখৎলে। মচাবু চেপ্পা চেপ্পা য়েংজদুনা মিত্তুগী পি-ঈর্য়া চেন্দুনা মথুরারোমদা বসুদেব খোং শান্দোক্লকলে।

মমা দেবকীনা মপুরোইবনা লাক্কদবা লম্বীরোমদা য়েংদুনা লৈজরি। দেবকীনা পুক্লিংদা মপুরোইবা অমসুং মচাগী করি অম্বাবা থোক্লিদগে খঙ্গদুনা মীপাইনা ভাইজরি। ভাহাক পুঙ্গোইগী মনুংদা মাগী মচাদু শ্রীভগবানগী শাইয়োন্নিকো হায়বদু কাউথোকহনখি। মচাবু মপুরোইবনা গোকুলদা থৈখি হায়বসিদা দেবকীনা খঙখি। গোকুলগী লম্বীদা যমুনা তুরেল চেল্লি। ঈচাও থাদা ইপুরোইবনা কয়ম্না লাল্লিবা! ইপুরোইবনা নোং মরক্তা মফী-মবোন চোংনা চৎলিবা! লম্বীদা ফত্ত্রবা কংসগী মনাইনা থেংনদুনা মথম্বাই

হাৎপিরমগদ্রা অসিনচিংবা পূম্নমক দেবকীনা খন্দুনা লৈরি। মতম-সিদা বসুদেবদো মতম্বাক্তা মুপামচা অমা পুতুনা দেবকীগী নাক্তা চংলকই। কৈশুমশংগী থোংজাওশিংদো মতোমদা লোনখি। বসুদেবগী য়োম্হিলং-ফলাংডু মতোমদা লাকতুনা বসুদেববু পুনখি। অঙকপনি, ভগবানগী লীলা! অহিংডুদা তৌখিবা থোদোক পূম্নমক কনাসু খঙ-খিদে অমসুং তাখিদে। অমুক করি হায়রুগনি, বসুদেব মশামকসু নিংশিংবা থোকখিদে।

---

## ৭

## কংস অমসুং যোগমায়া।

বসুদেবনা গোকুলদগী পুরকপী যশোদাগী গর্ভদগী পোকপী মুপীমচাডু দেবকীগী ভম্প্যাক্তা থমই। অঙাংডু কপ্লকই অঙাংগী কপ্লা থোঙ্গেল হেক তাবদা, থোংঙাকপা অড ফুক হেক হোগৎখি। থুনা-য়াংনা চেনখিডুনা মহাক্না কংস মহারাজদা দেবকী অঙাং পোকলে হায়না তমখি।

হন্দক্কী অঙাংসি দেবকীগী নিপানশুবা গর্ভদা পোকপনি। অঙাংসিনা হাৎনবগীদমক্তা বসুদেব-দেবকী অনিবু শুক্লবা কৈশুমশংদা থম্লিবনি। অকাশবাণীদসু অঙাংসিগী মখুত্তা নিংথৌ কংস শিগদবনি হায়না লাওথ্লিবনি। পাউ অসি হেক তাবদা কংস মহারাজডু চুংই অমসুং মশা থক-থক নিকই। মমিৎ তানিডু শাওবনা ঈমুক ভাংখি। ময়া ক্রক-ক্রক চিকই। অঙাংডু হাৎনবগীদমক্তা ফমুংদগী ফুক হেক

হৌগৎলকই। ওহোকপনি! খঙহৌদনা ফমুংদা অমুক কংসদু হায়খি। কংসদু অশাওবগা লোইননা অমুক হোৌগংতুনা লৈবাক্তা মখোং হেক থাংদুনা যাত্রা তৌই। মখোং অনিমক থক-থক নিকতুনা থৌনা ফনা চৎপা ঙমদে. মকোক ঙাওই। মমিৎ অনিদা ঙানখ্রবা অয়ুক্ অদু পুম্মম মমখি। অদুম ওইনমক হিংচাবা শাগৈদা পোক্লবা থৌনা ফরবা কংসনা অকীবা লৈতনা কৈশুম-শং তাম্না চৎখি। মতম অসিদা দেবকীনা অঙাং পিশকতু মতম্পাক্তা পমদুনা খোম্লাং অমৃতবু ইল্লি। কংস নিংথৌনা থোংজিন হেক য়োৗরকপদা মশা পূম্নমকতু থক-থক নিকতুন লৈমাইথক্তা ব্রাম্থখি। মচন্না ব্রাম্থৱিঙৈদুদা কংসনা মথা চিকতুনা অঙাংদুগী মখূৎ অনি পাইদুনা লৌখি। বসুদেবনা তৌরিবা থৌদোক অদু উরগা মথবাক্তা খুদুম্না শুদুনা কপখি। দেবকীনা ঙাঙাক ব্রান্তরুরগা মমাইদু হায়গৎলকতুনা মবুংদা হায়জরকই "অজ্ঞা অঙাংসি নুপা নত্তে নুপীনি, মাগী মথৱাইদদি কনবিয়ুগবা।" বসুদেবনসু ঙম্বমখৈ নিংথৌদা অঙাংদুগী মথৱাই কন্নবা হায়জখি। হায়জবা পূম্নমক অরেম্বদা তাখি। মশাগীদা য়েংবা, থৌজালগী মরিক অমত্তা মশাদা পক্তবা নিংথৌ কংসদু মচন অমসুং মশেন অনিগী ব্রাশিং অদু মনাদা হাপখিদে।

কংসনা অঙাংদুগী মখোং অনিদু পূন্না পাইশিল্লগা, খা চিকতুনা নুংপাক মথক্তা থাদুনা হাৎনবা থৌরাং তৌরকই। কংসনা থক্লোমদা অঙাংদু হায়গৎপা খুদক অদুদা কংসগী খুত্তগী অঙাং অদু নাম্থোক্তুনা সোরারেল্লোমদা পাইখৎখি। ওক্লদুনা কংসনা মকোক হাইগৎতুনা য়েংখিবদদি অতিয়াদা খুৎ নিপান পানবী যোগমায়া দেবী ওইখরে।

খুৎ অমদা ত্রিশুল, অনিশুবা খুত্তা তা, অহুমশুবদা তেন, মরিশুবদা মোইবুং, মঙাদা চক্র, তরুকতা গদা, তংশুবদা থাংশাং অমসুং নিপানশুবদা চুঙ্গোইনা লৈতেংলমই।

অকীবগী শকলোনদু উবদা কংস নিংথৌদু যুম্বীগুম চপ লেপ্তুনা লৈখরে। নাকোং অনিমক ঈ হাথখরে। অঙকপা খমথেংনা ফংখরে। যোগমায়া দেবীনা লাউরকই—"হায় অপঙবা, নংবু হাৎকদবা অঙাংদি পোকখ্রবনি। নংনা ঐবু হাৎলগা করি তোংজে?" বাহৈশিংসি হায়রম্লগা লৈচিন মরক্তা শক্লোন্দু মাংখরে। কংস নিংথৌদু অঙকপনে-অকীবনে অনিনা মশাদু পুমথন থনখরে। মমাই মালেমথক্তা লুকগদুনা কনামত্তদা বাহৈ অমা ফাওবা হায়দনা কোমুং তান্না লাকখি।

বসুদেব-দেবকী অনিদু হন্দকী নিপানশুবা অঙাংসি কংস মহারাজনা হাৎলগা, কৈশুম-শংদগী থাদোকপা ফংজরগনি হায়না য়াম্না থাজরম্মী। ওন্থোকপনি লাইগী নোংদম! মচা নিপান শুরবা ফাউবা কৈশুম-শংদগী থাদোকখিবা ওইখিদরে। মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা ওইখিদা! পাম্মে লৈত্রদুনা বসুদেব-দেবকী অদু মমিৎ মরিদা ঈরা চেন্দুনা মথুৎ মরি লোন্নদুনা শ্রীভগবানগী খুয়াদা খুরুমজখি।

---

# গোকুল।

মথুরা সহরগী নোংচুপ্তা নন্দগাওঁ লৈ। হায়রিবা নন্দগাওঁসি গোকুল হায়নসু কৌনৈ। মমাংঙৈদগী তৌনা থুলসি গোয়ালাশিংনা খুন্দাম্নকপনি। গোকুলদা মথোয়গী কোন্নুং ওইরম্মী। নন্দ কৌবা গোপ অমনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। নন্দ নিংথৌসি মথুরাগী নিংথৌ কংসগী মথাদা লৈবা নিংথৌনি। চহি খুদিংগী লোইপোৎ কংস মহা-রাজদা কাই। গোকুলগী মনাক্তা গোবর্দ্ধন কৌবা চীংশাং অমা লৈ। চীংশাংদুগী নাকল যেৎলোম-ওইরোম অনিমকতু বৃন্দাবন হায়না কৌবা নিংথিরবা উমংনি। যমুনা তুরেল্না খোই-খোইনা বৃন্দাবন ফাওনা চেল্লি।

গোকুল হায়বা থুলসি য়াম্না নিংথিজথ্রবা অমসুং পুক্লিং হুথ্রবা মফম অমনি। নন্দনা লৈনাক ওাক্লিঙৈ মতমদা গোকুলসি য়াম্না মরা-তপ্পা নুংঙাইবা অমা ওইরম্মী। গোপ-গোপী মশীং লাকওমদনা অরা-অনা লৈতনা লৈখি। যণনী-বল্লাও অমত্তা অরা-অনা ফংখিদে। যঙ্গোম য়াম্না নিংথি-নিংথিনা থোকাখ। শঙ্গোমদগী মথল-মথা অযাম্বা ছানা মাখন, ঘীনচিংবা শেমদুনা গোপ গোপীশিংনা মপুক থন্না থন্না চাখি। শঙ্গোমগী পোৎনা অথোইবা চিঙ্গাক ওহখিবদগী গোকুলগী মী পূম্নমক মশা লোইনা ফখি; মপুক লোইনা থনখি।

নিংথৌ নন্দসু মপুক য়াম্না ইংবা, প্রজাবু লুনা তৌবা অহল ওইরবা নিংথৌনি। কমিগুম্বা অরাং-অপা অমতা লেরমদে। মাগী

হায়ববু, পোকচবা মচানুপা নুপী অমতা লৈরমদে। শিদ্রিভৈদা মমিত্তা মচা অমতং উজরবদি নুংঙাইবগী মথক্তা অমুক হেন্না নুংঙাইগনি হায়বা ৱাখলসি, নন্দ নিংথৌনা খঞ্জখি।

শ্রীভগবান্না নন্দ অমসুং যশোদা অনিগী মনাক্তা লেংবিরক্লে। তাংনসু ফংজরবা, ঈশ্বরগী শায়োনসু ওইরবা, মচা ফংজবদ্রদা নন্দ অমসুং যশোদা নুংঙাইবগী ভমথৈ লৈতরে। মমা-মপাদি হন্দোক্কনা গোকুলগী গোপ-গোপী পুম্নমক নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওনখি। করিমুক হায়গনি, গোকুলগী যণ লাবা-অমোম, যন্নাও ফাওবা মমৈ থেকৎতুনা হরাওনা চেন-চোংতুনা লবুক্তা শান্নখি। মনুংগী অথুপ্পদি গোকুলগী মী অমতনা শঙখিদে। মখোয়গী ৱাখন্দা "অঙল ওইরবা নন্দ নিংথৌগী নিংথিজরবা শংবান্নবা কুচূনা লৈতেংলবা লাইগুম্বা নুংশিরবা মচা অমা ফংলে" হায়না খন্নখি। গোকুলগী গোপী পুম্নমক্না যশোদা ৱাণীগী নিংথিজরবা মচাবু য়েংনবগীদমক্তা অতৎ-অথম লৈতনা লাকখি।

নিনিশুবা নুমিত্তা মচাগী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা নন্দ নিংথৌনা যণবী লিশিং অমা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি। অহল লম্মনশিংদা ফীরোম্নচিংবা য়েনখি। ল্যাইরবা গোপ-গোপী অঙাংনচিংবা কৌদুনা পুক থন্না চাক পীজখি। সনা-লুপানা মতিক চানা চানা দক্ষিণা কৎখি। খোংতেক মিত্তাং, চাকনিবনচিংবা পুম্নমকসু দান তৌখি।

---

৯

# বলরাম।

নন্দ নিংথৌসু ভৌই। যশোদা রাণীসু ভৌই। গোকুলগী মী পুম্নমক অভৌবা ভাক্তনি। তৌইগুম্বসুং হন্দক পোকচবা নন্দগী মচাদদি কুচু মুই। মরম অদুনা মহাক্কী মমিং খরাইনা কৃষ্ণ হায়না থোল্লে। কৃষ্ণ হায়বা রাইহৈসিগী অর্থদি অমুবা হায়বনি। নন্দ নিংথৌনদি মচাগী মমিং গোপাল হায়না কৌজে; তৌইগুম্বসুং খরাইনদি কুচু মুই হায়দুনা কৃষ্ণ নত্রগা কালা হায়না কৌনখ্রে।

কৃষ্ণগী ময়াম্বা অমা লেরমই। মমিংনা বলরাম কৌই। মহাকসি রোহিণীগী গর্ভদা পাকপনি। রোহিণীসি দেবকীগা লোন্নবীনি। কংস নিংথৌবু কীজদুনা গোকুলগী নিংথৌ নন্দগী য়ুমদা থৈদুনা রোহিণী লৈজবনি। নন্দ নিংথৌনা বলরামবু মচানুপা কৃষ্ণগা চপ-মান্ননা লুনা অমসুং চান্না তৌই। নন্দ নিংথৌগী মনাওশিং—উপনন্দ, সুনন্দনচিংবনা বলরাম অমসুং কৃষ্ণ অনিবু লুনা ভৌই। মচিন-মনাও অনিগী নিংথিজবা শকফম, মগুণ লৈবদুদা, গোকুলগী মীপুম খুদিংমক্কা হরাওজরমই অমসুং পেঞ্জাখি। অঙাং অনিদু য়েংবদা পেনবা নাইরমদে, য়েংল-য়েংলগা অঙকপা ওইখি। গোপ-গোপী পুম্নমক্কা অঙাং অনিদুবু উরগা পমখি অমসুং লংনজে।

———

১০

# পুতনা হাৎপা।

কংস নিংথৌডু যোগমায়া দেবীগী ৱাডু খক কাউবা ঙমখিদে। অহিং নুংথিলচুপ্পা ৱাহৈশিংডুদা নিংশিংডুনা লৈখ্রে। অঙাংডুবু কনা ওইরিগবা? কনাগী য়ুমদা লৈরিগবা? করম তৌরগা অঙাংডুগী মহি-মথোং খঙগবা? অসিনচিংনা ৱাখল্দা নিংথৌডু লুপখরে। নোংমদি মহারাজ কংসনা মনাই অথুপ্পা অয়ানবা হিংচাবশিংদ মাইকৈ খুদিংদা থারে। "নখোয় পূম্নমক কনানতনা খঙহল্লোইদোবনি কনা কনাগী য়ুমদা মগুণ চেনবা অঙাং নুপা টরবদি, হাৎকনা তোংনগদবনি অমসুং হাৎপা ঙমদ্রগ থুনা-যাংনা ঐহোন্দা তম্নগদবনি" হায়না নিংথৌ কংসনা মনাই থুপ্পা থম্বশিংদা যাথং পীথোকলে। মনাইশিংনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মাইকৈ মরিদা চৎতুনা মপাল লৈত্রব নিংগিনা অঙাং কয়া হাৎপা হৌরকে। মনা নযানা নুংশিরবা মচাগী মাযথোং উবা ফংদতুনা অহিং-নুংগিল খাক্তুনা কপখি।

নোংমদি কংস মহারাজগী স্ন-শঙ্গাইদা ফাম্ভসনা লাকতুনা নিংথৌদা হঙ্গৎখি—"মহারাজ গোকুল নিংথৌ নন্দগী মচা অমা পোক্লে। অঙাংডু থোইদোক হেন্দোক্লা মগুণ যাম্ন লৈ।" অঙাংডুগী ৱা হেক তাবদা কংস নিংথৌডু তু-চুই। কংসনা মযা ক্রক-ক্রঙ্ক চিকতুনা হায়রকই — অঙাংডু হৌজিক ফানবা হাত্রিব্রা—শিরমদ্র-বদি মাবু শোইদনা হাৎনবা, ঐনা পাম্বে থিগনি।" নিংথৌনা থুনমক পুতনা কৌবী হিংচাবীবু কৌডুনা হায়খি—"নং হৌজিকমক

চৎতুনা মায়া তৌদুনা নন্দগী মচাদু হাৎলু।" পুতনা হায়রীসি য়াম্না মুংশিহৈত্রবী হিংচাবীনি। মগাক্না য়াম্না নিংথিজবী গোপী অমগী শকফম লৌদুনা নন্দগী কোমুং তাম্না চৎখি। পুতনাগী খোমজিন অনিদু মী হেক শিবা য়াবা হু তৈশিনখি।

পুতনা হিংচাবীনা কৃষ্ণগী নাক্তা চংশিল্লকপা মতমদুদা গোপালদি নাওশুমদা হিপতুনা খোং কাউদুনা শাম্নরমই। মমা যশোদানা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা ইমুং-মম্নুংগী থবক তৌরমই। গোপীগী শকফম লৌবনী পুতনানা মোমোন নোকশিনদুনা নাওশুমদগী গোপালবু লৌখৎখি। মহাক্না হু তৈরবা মখোমদু পীথকখি। যশোদানা খনখি—কনাগুম্বী গোকুলগী গোপীনা মচাবু য়েংবা লাকপনি অমসুং পগদুনা লংনরিবনি। অসুম্না পুক্নিংদা চিংনরুবা লৈতনা যশোদা মাগী মথোদা পুক্নিং চংখি।

পুতনানা লংন-লংননা মাগী হু তৈবা খোমজিন্দু গোপালগী মচিন্দা হনাশল্লে। গোপালনা চুপ্তুনা খোমদু থক্কৎলক্লে। হিংচা-বীদুগী মায়াদু খঙতনগে নিংখিদুনা, শ্রীভগবান কৃষ্ণচন্দ্রনা পুতনাগী মখিবোং-মরিন ফাউবা চিংথোক্না থক্লে। গোপীগী মায়াদু মাংখ্রে; পুতনাগী হাম্নগী হিংচাবীগী শকফমদু হঞ্জিল্লক্লে। মথম্নাইদু চুপথোক্ক-পগদা লৈমাইগক্তা য়াম্নদুনা হায়থরে। হিংচাবীদুনা য়াম্থিবগী খোঞ্জেন্দুদা নন্দ যশোদা অনিনা গোপালগী নাক্তা চেনশিল্লক্লে। অকীবগী মশক ওইরবী হিংচাবী অমগী মথক্তা গোপালনা খোম চুপতুনা লৈবদুদা অহল ওইরবা-ওইরবী মপা-মমা অনিদু পাখৎখরে। অফিং-অফাই ওইনা যশোদানা মচাবু লৌখৎতুনা থবাক্তা কোনশিল্লে।

নন্দ অমসুং যশোদানা খঙখি—মতুদি কংস নিংথৌগী মনাইমুপী হিংচাবীনি; কৃষ্ণবু হাৎনবগীদমক্তা হিংচাবীসি থারক্লিবনি।

কংস নিংথৌনা পুতনাবু হাৎখ্রে হায়বা পাউ তাবদগী—অঙাংসি মাগী য়েক্লবা শোইদ্রে হায়বসি খঙখি। অঙাংসিবু করম্বা পাম্বৈনা হাৎকদগে হায়বসি খনবা হৌরক্লে। গোপালবু হন্দকমুক হাৎনবা মীশক খনবা হৌরক্লে।

---

## ১১

## শকটাসুর হাৎপা।

গোপাল থা তরানিথোই শুরে। ঙসিদ মতাক্কী মপোক মুমিৎকী উৎসব-মেলা তৌবা নুমিৎনি। নন্দ নিংথৌনা গোকুলগী মীপুম খুদিংমক বাংঙ্গণ তৌখি। চান থক্লবা মরাং কাহনা বাবা নন্দনা লাখি। কৃষ্ণ পোকপা নুমিৎকী উৎসবতা নন্দগী কোন্নুংদু মীনা ক্রক্‌‌ ‌ইন্নরমই। গোকুলগী গোপ-গোপী পূম্নমক কৃষ্ণচন্দ্রবু য়েংবা লাকখি। কোন্নুং মনুংদা কাংবু অমনা পেরে-সিঙ্গানচিংবা যন্ত্র ময়াম খোংখি। কাংবু অমন। পুং-শেং য়ৈদুনা নিনখি। হাওর হাওরবা শঙ্গোম অমসুং চিনীনা শায়বা ঠাঙ্গৈ, লডডুনচিংবনা মপৈ মপে পেদুনা অরাকপা মুপী-নহা, অঙাং চিৎথদনা য়েল্লি অমসুং পীজে।

যশোদানা থুনা রাংনা হৌগৎতুনা কৃষ্ণচন্দ্রবু শেংনা ইরুজথোক-পিরে। নিংথি-নিংথিবা ফীজেৎনা লৈতেংবিরে। চন্দমচিংবা

থিনবিরে। মুক্তা-মালানা নৌরবা ঙকশমদা শিজিনবিরে। নাওশুমদা গোপালবু নিংথিনা শুম্বিরে। লাক্লিবা নুপী খুদিংমক তরাম-তরাম তৌহুনা কৌশিল্লমই।

গোপালনা হিপতুনা লৈরিবা নাওশুমহুগী নাক-ওইনা মালনা পিকথনবা গাড়ী অমখক লৈ। কৃষ্ণচন্দ্রহু পালংদা মগন্দা তুমহুনা লৈরি। কংসনা থারকপা হিংচাবা অমনা গোপালবু হাৎনবগী-দমক্তা গোকুলদা লাকই। হিংচাবহুগী মমিং শকটাস্থর কৌই। শকটাস্থরনা মায়া তৌহুনা কৃষ্ণচন্দ্রগী নাক তান্না চংশিললকই। হিংচাবহুনা খুদোংচাবা তানকম ফংলবহুদা গাড়ীহুগী মনাক্তা পরপ-পরপ চংখি। গাড়ীহু তাপ পাইখৎতুনা গোপালনা হিপ্লিবা পালংহুদা লংশিনখি। গোপালনা মিকপ থোকতুনা কপলকই। পালংলোমদা লংলকইবা গাড়ীহু কৃষ্ণচন্দ্রনা খোংপাক্না থোক কাউ-থোকখি। খুতুপ মঙা-তরুকলোম লাপ্না গাড়ীহু তেকতুনা তাখি। গাড়ীহুগী মনুংদা য়াওরিবা পোৎ-চৈ পূম্নমক ইচাই চাইথোকই। গাড়ীহুনা থাহুনা শকটাস্থর হিংচাবস্থ শিরে। শিরবহুদা মাগী মায়াহু থাদোকতুনা হান্নগী হিংচাবগী শকক্ষমহু হঞ্জিল্লে লৈমাইথক্তা মকোক কায়হুনা ঈ-তাংহুনা উতুপ তাবগুম তাহুনা লৈরে।

খোঞ্জেল তেক তাবগা মীয়াম পূম্নমক চেনশিন্নরকই। ময়াম পূম্নমক তাঙকপা ফংনখি। নাওশুমহুস্থ লৈবাক্তা লৈরম্লে। কৃষ্ণ-চন্দ্রহুস্থ খোং-খুৎ কাউহুনা হায়হুনা কপতুনা লৈরি; খর লাপ্না গাড়ী অমা তেক্তুনা তাবা উরে। গাড়াগী মখাদা শকটাস্থর হিংচাবনা মকোক কায়হুনা শিহুনা লৈবহুস্থ মীয়াম্না উনরক্লে। খোঞ্জেল

অমতা ওইনা লাওনরকই— শিবিবসি কংসগী মনাই শকটাস্থর হিংচাবনি।" থোদোকসিদা মীপূম খুদিংমক অঙকপা ফংনখি। যশোদানা মচ কৃষ্ণচন্দ্রবু মথাদা কোনখৎখি। অঙকপনি! ঈশ্বরগী লীলা! থোদোকতুদা মী পূম্বনক জ্ঞান তাহনখিদে।

শকটাস্থর শিরে তাবদা কংদ নিংথৌ অঙকপা ফংখরে অমস্থং তৌফম খঙখিদরে। নিংথৌনা খঙি,—"মাবু শোইদনমক অঙাংসিনা হাৎলগনি অমস্থং অচম্বা অঙাং নত্তু।"

---

১২

## লৈপাক চাবা।

কৃষ্ণচন্দ্র যণ শাদুনা চৎপা ঊমশিল্লক্লে। যণ শাদুনা পংচত্তা চৎপা তৈরক্লে। অফং-অফংবা পোৎ খুৎনা লৌদুনা য়ান্নুংদা হুকচিল্লক্লে। করি করিগুম্বদ যণ-শানা চৎখিদুনা লেখোম অমস্থং ঊফুল মরক্তা ওন্দুনা শা ম্র। নন্দ-যশোদা অনিনা মচাগী কুম্মৈ য়েংদুনা পেঞ্জখি।

গোপালনা মাখন, চিনীস যাম্না পামজে। নন্দ নিংথোগী শঙ্গাইদদি মাখন, দহি, ঘানচিংবদি অরাৎপা লৈরমদে। কৃষ্ণ-চন্দ্রনা যণ শাদুনা কোইচৎ চৎতুনা চংদগী মাখন, শঙ্গোম-মপান, দহিনচিংবা লোখোকতুনা ময়াদা চাশিল্লি—থরনা মমাইদা তৈশিল্লি—থরনা নখুত্তা পাইদুনা মেৎতুনা শাম্রে। চাবা ওক্লগা গোপালনা লংথোকতুনা ঊচেক রায়াদা পীজখি। য়োংয়াম্না হোচিললকতুনা গোপালগী খুত্তগী মাখন্নাচিংবদু মুন্দুনা চাই।

যোংযাম্না কোইশিন্দুনা গোপালগী খুন্দগী মাখন মুনবা যশোদা মমানা উরদুনা—মচাবু যোংনা খোৎপিরমাল্লে খল্লদুনা যশোদানা চেনশিল্লকই। উচেক পুম্নমক পাইথোক্লখি। যোংযাম পুম্নমক কায়দুনা চেনাখ। মমা যশোদানা মচাবু পমখৎতুন মশা পুম্নমক নান্দুনা যেংজে।

বলরামনা অযাম্বা মতমদা গোপালগা লোইননা শান্নে। নোংমদি মনাও কৃষ্ণগা লোইননা বলরামনা কোস্নাংদা শান্নদুনা লৈ। যশোদা মমানা মাখন শুংদুনা ইমুংদা লৈরি। কৃষ্ণনা লৈবাক মচেৎ অমা লোৎদুনা মযদা ক্রবচিনখ্রে বলরামনা যাম্না খামজে। খাম্ন-খাম্না লৈবাক মচেৎতু গোপালন চথোকখ্রে বলরাম্না খাম্বা য়াদে হায়দুনা যশোদা মনাগী মফমদা রাবৎলে—"ইমা! কৃষ্ণনা লৈবাক চাদুনা লৈরে, ঐনা খাম্নসু য়াদে।" যশোদা মনান ফংনা অমসুং শাওনা মচাগী নাক্না লাকখ মনানা কৃষ্ণগী মখুৎ অশিদু পাইশিন্দুনা হায়খ "করিগীনে লৈবাক চারবা? নযাদু কাথোকউ যেংগে।" গোপালদু মনান শাওবদু উরদুনা কাখি। গোপালনা কাবদুনা মশাদু খক-খক শিক্লদুনা খুনলকই—"ইমা! ঐ লৈবাক চাদে। তাদনা শেরানবা হায়ত্তিনবনি, থাজদ্রেগা যেংউ" হায়দুনা গোপালনা মযা কাথোক্লক্লে যশোদানা মচাগী মযা কাথোক্লপদু যেংশিনখি। মচাগী মনাও মনুংদ জগৎ সংসার পুম্নমক অমত্তা চিখদনা নুমিৎ, থা, ভূলোক, স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল, জঙ্গল, সমুদ্র-নচিংবা অমদি মথুরা, গোকুল, বৃন্দাবন্নচিংবা লমশিং, কংস, বসুদেব, দেবকী, নন্দ, যশোদা মশামকসু যশোদা মমানা উরে। যশোদা মমাদু মকোক ভাওদুনা লৈবাকথক্তা হায়থখরে।

ঙাওাক পুঙ্গোই ৱান্তকুৱগা নমা যশোদা জ্ঞান লাকতুনা মিৎ পাংথোকলে মতমদুদা কৃষ্ণচন্দ্রদু মাগী থোম্মাং অমৃত থকতুনা লৈরম্লে যশোদাদু থেদেকতু নিংশিংবা থোকখিদ্রে। করি মতৌনো ঐনা তোরিবসিবো হায়না মশানা ৱাখল অমতা লাম্বা ফংখিদৱে কনা-কনাগুম্বন মখা থোকখিবা থৌদোক্তু তাইবংদা লাকশিনবা ঙমদবগুম্বা যশোদ মমাদু ওইখরে।

---

## ১৩

## শুম্বন্দা পুনবা—উজাও অনি থুদেকপা।

গোপালসি চাউরক-চাউরব্রগা ডাকু ওইবা তেঁজল্লকলে। ঙাহাক্তো পোথাবা নৈতে। কোইচেন চেন্দুনা মাবু কাবা লাকপা ঙনাশল্লক্তরে মম মপানা। গোপ অঙাংশিংগা মাগা লাক্ল-ফানড়ুনা চেন চোংতুনা শান্নে। গোপালসি মশাস্তু যাম্না কল্লি। মঙোন্দগী শরুক অনি অলম তেনবা অঙাং ফাওবা মহাক্ল লাইনা লাইনা ননই অমস্তু যুহ। মতুংদাদ গোপালনা গোকুলগা অঙাং পূম্নমক্কী লুচিংব ওইরক্লে অঙাং পূম্ননক মাগী শৱা লেরে মান। যবদা তৌবে। অঙাং শঙ্গু শঙ্গু লোইনদুনা গোপালনা লৈকাইদ, য়ুমদা ত্তানন-তুনিল্ল পোৎ-চৈ তুরান্দুনা চাবা অংস্তুং থুগাইব হৌরকলে। ঐগী মাগী মপোৎ ন হদন। লোম্ন-লোম্না পুথোক্লুনা গোপ অঙাংশিংগা লোইননা যেন্নদুনা চারে।

মতম থরদি গোপ গোপীশিংসু অভাংনি হাযদুনা য়েংলমই। মখোয়না তৌশিল্লকপনা হেঞ্জিল্লকতুনা গোকুলগী গোপীশিংদু শাও-নরক্লে। কৈরোই-লৈকাইগী য়ুমদা মী চিকপা অমসুং মী লৈতবা য়েংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী কাংবু পুরদুনা ইমুংদা লৈরিবা অচা-অগরুচিংবা পুম্নমক হুদুনা চাবা অমসুং থুগাইবা, য়ৈথাইবা তৌরক্লে। খাংবা ভমশিল্লকত্রদুনা গোকুলগী নুপী পুম্নমক্না যশোদা মমাগী মফমদা লাকতুনা ৱাকংলরে। যশোদা মমাদু ঈকাইবা য়াম্না ফংলে। মমানা মচাগী অরানবা পুম্নমক ভাকপীয়ু হায়না ৱাকংলিবী নুপী-শিংদগী নিজখি। যশোদা রাণীনা মচাবু মতিক চাবা সু-চৈদুনা ৱারকচগনি হায়জখি। যশোদা মমানা মচা কৃষ্ণবু অদুগুম্না থবকসি তোদনবা য়াম্না ৱারক ৱাতেমজে। ৱারকচৈ হায়বদু মঙাই কৃষ্ণচন্দ্রগী নাকৈাংদা করিমতা হাপ্লমদে। অহোইনদুম নোংম-নোংমগী হুরানবা, থুগাইবা, য়ৈথাইবা, লংনবা হেঞ্জিল্লক্লে। মমা যশোদা তৌফম খঙদরে। করম তৌরগা মচাবু হায়বা ইনগদগে হায়না খনবনা যশোদাগী মথৌ ওইখ্রে। হায়জে হায়বতা মচাইরে মমানা হায়জবা অমতা কৃষ্ণচন্দ্রনা ইনবিদ্রে।

অয়ুক ভন্তানি কৃষ্ণচন্দ্রনা য়ুমলোন্নবী অমগী ইমুংদগী মাখন্না পিকথনবা চফু অমা ভুদুনা পুরক্লে। শুম্বন মথক্তা ফমদুনা গোপালনা মাখন চাদুনা লৈরি। মমা যশোদানা ইমুংদগী থোরক-পদা মচাগী মতৌদু উরদুনা মশাদু তুঃ থাউ চুংখি। খুদক অদুমক্তা মাখন মপু নুপীদু লাকতুনা গোপালদা মখুৎ থিন্দুনা শাওনা হায়খি—"য়েংউ যশোদা রাণী! নচা নুপা গোপালনা

তৌরিবসি—ঈগী ইমুংতু য়োংনা চংদুনা থুগাই-লাকখাইরম্বদগী নচানা যৈখাইবনা হেললে। অদুদগী হেন্দুনা চেংকশিন্না থমলিবা মাখম চফুশিং পুদুনা চৎখ্রবনি—ঐনা যমুনাদা ঈশিং শোকখ্রিঙ্ঙদা। হৌজিক মুপা লাক্লগা বরি খুমগদগে? ঐবু মুপানা ফুরগা মুংভাইবরা? নচা ৱারকউ। ৱাণীনি হায়দুনা চাউথোকনু।" ৱাহৈ-শিংসি তাবদা যশোদা মমাদু শাগবনা লুতোন যৌখরে। মমানা মখুত্তা চৈ পাইদুনা মচা গোপালবু যেংদবগী লাক্লে। কৃষ্ণচন্দ্রনা মমানা ফুগদোরে খঙলদুনা কোইচেন চেল্লে। মচাবু কোইত্তান তান্নরগা ভাহাক লৈরগ মচা গোপালদু যশোদানা ফারে। গোপালদু মমানা মখাংদা থৌরি কন্না কিশিল্লে অমসুং থৌরিদু অমুক শুম্বন্দা পুনশিন্দুনা থম্লে। যশোদানা হমুন্দ থবক-হংখাং তৌনবা চংখরে। কৃষ্ণচন্দ্রনা শুম্বনগক্ত ফনদুনা শন্নদুনা লৈরে।

নন্দ নিংথৌগী মাঙ্গোন মনাক্তা হৈনৌ অচোবা অনিখক হৌই। মখোদি অমতনি, পাম্বীদি অনিনি। গোপালনা যণ শাদুনা শুম্বন্দু চিংল-চিংলদুনা হৈনৌ পাম্বী অনিদুগী মনাক যৌশিল্লক্লে।

শুম্বন্দুনা হৈনৌ অনিগী কারক্তা পন্দুনা লৈখ্রে। গোপালনা কন্না শুম্বনদু চিংবদা হৈনৌ পাম্বী অনিদু তেকতুনা লৈমাইদা হায়গথ্রে। কৃষ্ণচন্দ্রসু ভুমিন্না লেপতুনা লৈখ্রে। হৈনৌ পাম্বী অনিদু-দগী নিংথি-নিংথিরবা ফী শেংলবা পাখং অনিখক চোংথোরক্লে। মখোয় অনিদুনা নখুৎ লোন্নরদুনা গোপালগী মাংদা খুক খুদক কুম্লদুনা হায়জরকই—"হে গোপাল ননাই ঐখোয় অনি কুবেরগী মচানি। ননাই ঐখোয় অনিগী মিংনা নলকুবের অমসুং মণিভদ্র।

মতম অমদা দেবর্ষি নারদনা শাউদুনা শিন্নাপ তৌবদগী মফমসিদা উপাস্বী ওইনা হৌখিবনি। ঐখোয় য়াম্না রানা ইবুংঙোগী শায়োন ঙাইদুনা লৈজরম্বনি। ঙসিদি ইবুংঙোগী খোজান্না ননাই ঐখোয় অনিবু লানবিরে। ইবুংঙোগী থৌজানবু ননাই অনিনা কাউজররোই।"

গোপালদু মোমোন-মোমোন তৌদুনা মনাই অনিবু য়েংখি অমস্তুং বিদায় পীখি। নলকুবের অমস্তুং মণিভদ্র অনিগস্ম মবুংঙোবু খুরম্নগা হনখ্রে। গোপালদু শুম্নন মগক্তা তোংদুনা শান্নদুনা লৈরি।

মী খরনা খৌদোকসি লাপ্লপ্না উখি। অউবা মীশিংদুনা চেল্লক-তুনা খৌদোকতু মপা নন্দ অমস্তুং মমা যশোদাদা তমখি। নন্দ নিংথৌনা চেনশিল্লকতুনা মচাবু শুম্নন্দা পুনবদু লৌগোকতুনা মচাবু পামখৎখি। নন্দনা রাণী যশোদাবু য়াম্না শাউখি। খৌদোকতু অত্তাব অমস্তুং অউবা গোকুলগী মী পূম্নমক পুমগুক ঙকখি।

# ১৪

## বৃন্দাবন্দা খুন্দাবা।

মতম পুম্নমক্তা কংস নিংথৌনা গোপালবু হাৎনবা খুজিল তৌরমই। নিত্তিগী অনৌ-অনৌবা পাম্বেনা কৃষ্ণবু হাৎনব হোৎনখি। পাম্বে অমা শোযরে পাম্বে অমা পুথোকতুনা হোৎনখি। পুম্নমক অরেম্বদা তাখি। গোকুলদা নিত্তিগী অনৌ-অনৌবা থিংগাবগী মাযা উংখি। গোকুলদা লৈবা মী পুম্নমক নিত্তিগী অঙকপা থৌদোক্কী পাউ অমমম তারমই। নোংমনা পুতনা থিংচাবীগী পাউ, নোংমনা শকটাসুরগী পাউ অমসুং নোংমনা অতোপ্পা থিংচাবা অমগী পাউ তত্তুনা তাশিল্লক্রে। গোকুলগী মী পুম্নমক গোকুলদা লৈনিংদরে। থোই-দোক-হেন্দাক্লা নন্দ অমসুং যশোদানা লৈনিংদবা হেনখি অমসুং মুংশা থিখি। নোংমদি নন্দ নিংথৌন মনাগুলশিং অমসুং গোকুলগী যম্মাইবা অহল-লম্মন কৌদুনা ব্র তান্নখি। গোকুল থাদোকতুনা বৃন্দাবন্দা খুল হোংশা লেপ্লখি। নুমিৎ অকবা অমা যেংনরে।

অফবা পুংফম যেংদুনা গোকুলগী মী পুম্নমক মপোং-মচৈ পুম্নমক যোম্লখ্রে। যণ গাড়ীদা মাগী মাগী মপোং মচৈ পুম্নমক হাপকৎনরে। অকনবা নুপামৈখেনা লংথোং পুবস্তু যাওই। নুপী-নতা মখেনা নম্বো পোবস্তু যাওই। শা-যণ পুম্নমক অমতা চিংথদনা গোকুল থাদোক্লে। লোইনমক বৃন্দাবনলোমদা মাই ওন্দুনা খোংশাল্লে।

বৃন্দাবনগা গোকুলগা কয়া লাপ্নদে। বনসি য়াম্না নিংথিজখ্রবা চাউরবা বন অমনি। ষণ-লোক পূম্নমক্কী শজিক চানবা লৌবুক অমসুং শঙ্গাবুং মরাং কাইনা লৈবা মফম্নি। যমুনা তুরেলসু ময়াইদা চেল্লি। হিরম খুদিংমক্তা য়েংবদা য়াম্না ফরদুনা গোপ-গোপীশিংনা মফমদুদা খুন্দাসি হায়নখিবনি। মীপূম খুদিংমক মাগী মাগী লৈনবা য়ূম শানরক্রে। নন্দ নিংথৌসু লৈনবা য়াম্না নিংথিবা য়ূম অমা শাখরে। অসুম অসুম শেমজিল্লকপদগী বৃন্দাবনদু য়াম্না নিংথিবা সহর অমা ওইখরে। মাইকৈ মরিদা লমহাং, চীং অমসুং উমংনা কোয়শিনবা মী অমসুং ষণ-লোক্না ময়াইদা লৈবা নিংথিবা লৈবাক অমা ওইরে। বৃন্দাবন নিংথিবদা শিংথাবা য়াবা লমদম অমা ওনখরে।



১৫

## বলরামনা কৃষ্ণবু লংনবা।

কৃষ্ণচন্দ্র নোংম নোংমগী চাউখৎলকপনা গোপগী অঙাংশিং ময়ামগা তিন্নদুনা যণ শেনবা ৎেপা ঙমশিল্লক্লে। নিতিগী অয়ুক্কা মাখন অমসুং তল চারগা মচিন-মনাও ব্রজগী রাখালশিংগা লোইননা যঞ্জেনবুংদা চৎলক্লে। অয়ুক্কগীনা শঙ্গাররকপা ফাওবা উমংদা যণ শেন্দুনা রাখালশিংগা তিন্ননা শান্দুনা লৈ। নুমিৎচুপ্পা উমংদা ময়ামগা তিন্নদুনা জগোই শাদুনা, চেন-চোংদুনা, উচৈ-রাচৈ গিদুনা শান্নদুনা লৈখি। নুমিদাংবাই নুমিৎনা নোংচুপথংবা মাইকৈদা লৈথরকপা মতমদা যণবা-যন্নাও পূম্নমক্কা মবুক থল্লদুনা মমাই খাঙ্গৎতুনা ময়ুম মাইকৈদা ঙল্লক্লবা মতমদা মাগী মাগী যণলুপশিংদু রাখালশিংনা হোয়দুনা লাক্লে। ব্রজ-রাখালশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা যণ শেনমিন্নবা অমসুং শান্নমিন্নবদু য়াম্না নুংঙাইনা থোকচখি। নুমিৎ খুদিংগী ব্রজ রাখাল-শিংনা নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাহদা লাকতুনা গোপাল অমসুং বলরাম অনিবু হৌরে।

বলরাম মী লংনবা, ফাগী—ফারাং তৌবা যাম্না চৈ। মরৈ-মরাং য়েংনবদা বলরামবু মাইথিবা পীবা মমান্নবদা অমতা য়াওদে। নোংমদি রাখাল ময়াম কৌশিল্লগা ফাগী তৌরকই বলরামনা হায়রকই -“কৃষ্ণনা মুরিবসি করি মরমদগীনো নথোয় হায়বা ঙম্বরা?”

রাহৈদু তাবদা রাখাল পূম্নমক্কা কৃষ্ণরোনদা য়েংলগা নোকপা হৌরকলে। কৃষ্ণদু য়ামনা ঈকাইরে।

বলরামনা অমুক হায়রকই —'য়েংউ য়েংউ, বৃন্দাবন্দা কনা কনা কুচু মুবগে ?"

পূম্নমক্না অমগা অমগা য়েংনরগা হায়রকই :— "অমুবা অমতা য়াওদে—ঐখোয় লোইনমক অডোবা ভাক্তনি। কুচু মুবা হায়ববু কৃষ্ণদনি।"

"গোকুলদসু নখোয় অমুবা থেংনবরা ?"

ময়াম্না খুম্নকই—"গোকুলদা থেংনবসু কৃষ্ণ নত্তনা কুচু মুবা অমতা থেংনদে।"

বলরামনা হায়রকই—"অতুনদি নন্দ বাবানা কৃষ্ণসি লৈরকপা ওইবা তারে।"

রাহৈসি তাবদা গোপ-রাখাল পূম্নমক অমুক্তা ওইনা থিক-থিক হেক নোক্লকই। নোক্তবা হায়ববু কৃষ্ণদা ভাইহোরে। কৃষ্ণচন্দ্রদু পাউখুম অমতা পীকম খঙদরে। শাওথিবনা কৃষ্ণদু মশা থক-থক নিক্লে। মামত্তা মপি চডুম-চডুম তারে। কৃষ্ণনা মখোয় ময়ামদা মখোল থক-থক নিকতুনা হায়খি—"নখোনগা তিন্নতুনা ঐ যণ শেল্লরোই—ঐ য়ুমদা চৎলগনি" অসি হায়তুনা কপ্পা-কপ্পা গোপালনা ময়ুমদা চৎখি।

গোপালনা য়ুম যোরগা মমা যশোদাদা মাবু লৌনবগী রাম্নম পূম্নমক তমখি। মচাগী রাহৈশিংদু তারগা যশোদা মমানা য়াম্না শাওখি। মচানুপাদা যশোদা মমানা হায়খি—"নয়াম্বা বলরামদু মহা চিন্থিবনি। নংবু ঐগী ইচা নত্তে হায়রিবশিংদু ওইদবা রা ভাক্তনি। নডোন্দা নোক্লবা রাখালশিংদুসু জুগোৎ চাদবা ভাক্তনি। ঐসি নংগী নমানি অমসুং নংনা ঐগী ইচানি।"

মথংগী নুমিৎনি। অয়ুক অঙনবনি। ব্রজগী রাখালশিংনা কৃষ্ণচন্দ্রবু যণ শেনবা হৌবা নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাদা লাকখি। যশোদা মমানা গোপ অঙাংশিংচুদা হায়খি—"নখোয় পূম্নমক চংলো। নখোয়গা লোইননা ঐগী ইচা গোপাল তিন্নগল্লরোই। নখোয়দি ঐগী ইচা গোপালবু য়াম্না লংনবি অনস্তং নোক্লবি হায়যে। নখোয় অফবা অমসুং মরম ওকপা অঙাং নত্তে।" যশোদা মমাগী ৱাহৈশিংঙু রাখালশিংনা তারগা হায়রকই— কৃষ্ণ য়ুওদ্রবদি ঐখোয়সু যণ শেনবা চংলোই।" অমনম ওহনা বৃন্দাবনগী গোপ শঙ্গেন্নহা পূম্নমক অথেংবা ফানবা নন্দ নিংথৌগী থোঙ্গান্দা যণবা-যন্নাও ময়াম পৈদুনা লৈথোক্লে। কৃষ্ণসু গোপ অঙাংশিংগা লোইননা যণ শেননা চংনিংলক্লে। রাখাল-শিংনসু মমা যশোদা অনস্তং বাবা নন্দ অনিমক্তা য়াম্ন হায়জরে। মইমথংদদি মচানগা চংনিংবা ডরদুনা মপা-মমা অনিনা মচা কৃষ্ণবু যণ শেনবা চৎপ য়াবে। গোপগী শঙ্গেন্নহা পূম্নমক গোপালবু ফংলব-দুদা ভমখে লৈতনা হগাডনা মাগী মাগী যণলুপ হোইদুনা বৃন্দাবনগী উমংদা হোইনরক্লে।

---

## ১৬

# বৎসাসুর হাৎপা।

কৃষ্ণচন্দ্র চহি তরেৎ শুরক্লে। নিতিগী রাখালশিংগা লোইননা যণ শেল্লে। নোংমদি ব্রজগী যণশিংগী মরক্তা নি·থিবা যণ অমা লাকতুনা তিল্লরে। লাকইবা যণদু মশা মউ য়াম্না কন্না উই। যম্নৌদুনা মাগী মচি অদুনা অতোপ্পা যণশিংবু রাইদুনা মায়থিবা পীশিললক্লে। বৃন্দাবনগী যণ পূম্নমক কায়দুনা চেনবা গৌরক্লে। গোদোকসি কৃষ্ণচন্দ্রনা উরদুনা চেনখিদুনা যণ পূম্নমক থৎতুনা তোয়জিল্লি। যম্নৌদনা কৃষ্ণচন্দ্রবু উরদুনা মচি অনিদু থাঙ্গৎতুনা কৃষ্ণ তমনা হোৎচিল্লকই। কৃষ্ণনা যণদুগী মচি অনিদু কন্না পাইশিন্দুনা ভাহাক পুঙ্গোই ইন্নে। অনিদুগী কুম্মৈদ বলরাম্নচিংবা ব্রজগী যঞ্জেম্নহা পূম্নমক্তা য়েংলমই। ভাহাক লাক্লরগা গোপালনা যণদুগী খুদুং অনিগা মমৈগা লৈদুনা হৈগ্রী পাম্বীগী মতোন্দা লংখৎখি। বৎসাসুর কৌবা হিংচাবদুনা মায়া তৌদুনা শাবা যণ ওইরম্লে। যণগী শকফমদু থাদোকতুনা হিংচাবগী শকফম হঞ্জিন্দুনা ঈখোং হাথদনা লৈমাইথক্তা তারে। বৎসাসুর কৌবা কংসগী মনাইদু কৃষ্ণগী মখুত্তা মথরাই লানখ্রে।

রাখালশিংনা তমথিরবা কংসগী মনাই হিংচাবদু লাইনা হাৎপদুদা ৎকখি অমসুং গোপালবু য়াম্না থাগংখি। মখোয়গী মপুক্লিংদা গোপালবু অচম্বা অভাং নত্তে হায়না খনখি।

---

## ১৭

# বকাস্থর হাৎপা।

কংস মহারাজনা কৃষ্ণবু হাৎনবগীদমক মাগী অকনবা-অকনবী মনাইশিং মথং মথং থাখিবা পূংমক বৃষংগী মথুত্তা লোইনা মথম্বাই থাখ্রে। কংস নিংথৌ নোংম নোংমগী কৃষ্ণচন্দ্রবু কীশিল্লক্লে অমস্তুং চিংনবা তেঞ্জিল্লক্লে। কংসনা করম্বা পাম্বৈনা অমস্তুং করম্বা মনাই অচানবা থাবগ যেক্লবা গোপালবু হাৎলক্কদগে হায়না অহিং-মুংগিল নাইদনা থল্লক্রে। থনবনগে থল্লগা কংসনা মাগী মনাই অচানবা বকাস্থরবু কৃষ্ণ শোইদনা হাৎলক্কদবান, হনা যাম্না চাউনা পাগানি হাযবিদুনা থাখি। বকাস্থরনা উরোক্কা মশক লাদুনা কৃষ্ণবু হাৎন বগীদমক বৃন্দাবন্দা চৎলে।

বৃন্দাবনন্নিগী মনুংদা নিংথি-নিংথিজরবা পুখ্রী যামন লে। পুখ্রী খুদিংমক্কী ঈশিং পূম্নমক ভক-ভতেনবা ওাক্কনি। ব্রজগী ষণবী-যন্নাও পূম্ননক উগংদা লৈরিবা পুখ্রীশিংদা ঈশিং মপুক থন্না হেক হেক থকই।

নোংমদি কৃষ্ণনচিংবা ব্রজগী রাখাল পূম্নমক্কা লোইননা মখোয় মখোযগী যণ পূম্নমক পুখ্রীদ ঈশিং পীথক্লবা হেইনরকই। অক্রবা ঈশিংদু উবদুদা রাখাল পূমনমক্কা পুখ্রী মপান্দা ফী-রোন থমদুনা পুখ্রীদা হকজদুনা শাল্লে। রাখালশিংনা ইকজদুনা শান্নরিঙৈদা বকাস্থরনা পুখ্রী নপান্দ চংলক্লে। চাউরবা উরোক তুনা চংশিল্লকপদু রাখালশিংনা উরদুনা চেকতুম অমস্তুং তেম্পাকনা উরোকতুদা থাখি।

বকাসুরনা থারিবা অঙাংশিং তমনা মচিন অনিদু কাথোকতুনা হোৎচিল্লকই। মতৌদু উবদা রাখাল পূন্নমক কীরদুনা চেম্থোক্লরক্লে। কুম্মৈদু কৃষ্ণচন্দ্রনা য়েংদুনা লৈ। উরোকতুনা কৃষ্ণ তম্না পাইশিল-লকলে। কৃষ্ণচন্দ্রনা চেন্দনা উরোক তমনা চংশিন্দুনা উরোক্কী মচিন্দু খুৎ অনিনা পাইরে। ঙাহাক পুঙ্গোই কৃষ্ণ অমস্তুং বকাসুর অনি লাক্করে। কৃষ্ণচন্দ্রনা মায়া তৌরিবা উরোক্কী মচিন অমা খোং নামনা নেংলগা খুৎ অনিনা মচিন অমা পাইদুনা মথয়াৎ শেগাই-দুনা কাৎলে। বকাসুরদু মথরাই থাদুনা লৈমাইদা উত্তাও হায়থবগুম হায়থখরে।

কৃষ্ণচন্দ্রনা অকীবগী মশক ফংনা চাউরবা হিংচাবনা মায়া তৌরবা উরোকতু কাৎপগী কুম্মৈদু রাখালশিংনা মিৎ পেন্না য়েংজখি অমস্তুং কয়াউখি।

## ১৮

# অঘাসুর হাৎপা।

নোংমদি শ্রীকৃষ্ণনা রাখাল পুম্নমকপু বন-ভোজন (উমংদা, লমথাংদা চাবা-থকপা) চৎসি হায়না তৌরমই। গোপ মচা পুম্নমক য়ানখি। মতুংগী নোংভাল্লগা মাগী মাগী যণশিং তোইরদুনা মযুমদগী চান-থক্লবা পুম্নমক মরেংবান্দা পুত্না উমংলোমদা চৎখি। কৃষ্ণ বলরাম অনিশু ময়ুমদগী চান থক্লবা পুত্না যণ তোইদুনা রাখালশিংগী মরক্তা য়াওখি।

উমং যৌরে। তোইরকপা যণর্দ-মন্নাও পুম্নমক থাদোক্লে। মাগী মাগী ময়ুমদগী পুরকপা অচা-অ ক পুম্নমক পুথোক্লরক্লে। খরনা অমাং-কৈরোই তান্নে, খরনা জগোই শাই, খর অমনা ঈশৈ শকই। খর অমন কৃষ্ণগী মতৌ তমদুনা বাশী খোংই। খরনা উ কাদুনা শান্নে। খর অমনা নে কিননা খোংবা মতৌ তমদুনা শান্নে। খর অমনা উচৈ গি। রাখাল খরনা ব্রাহ্মণ লাবগী কেল্লবা মতু খুন্দুনা চুড়া শেমদুনা টপি। খর অমনা কুনা ঈশিংদা চোংথদুনা ইরোইদুনা শান্নে। অসুম্ন ব্রজগী গোপ মচাশিংনা কৃষ্ণ বলরামগা লোইননা তরাওনা উমংদা শান্নরি।

কংস নিংথৌন থারকপা অঘাসুর কৌবা তিংচাবদুনা উমংদুদা লাকখি। মহাকসি বকাসুরগী মনাউ অমসুং পুতনাগীনা মোপরানি। মচে অমসুং ময়াম্বা হাৎপগী লমন খুমগে অমসুং কংসগী য়াথং ভাক্কে

হায়না মথাক লাকপনি। অঘাস্থরগী পুক্লিংদা অমতা চিথ্‌দনা গোপ মচা পূম্নমক লোয়না হাৎকে নিংখরে কৃষ্ণ বলরাম্নচিংবা ময়াম্না লাক্কদবা লম্বীদা লাইরেল অচোবা অমা ওন্দুনা লৈরে।

ভাহাক পুঙ্গোই শান্নরগা রাখাল পূম্নমক যমুনাদা ইরুজথোক্লে। ময়াম পুমকোয় কোয়দুনা যুমদগী পুরকপা লডডু, বেড়া, মিঠাঈ, তলনচিংবা পূম্নমক যন্নদুনা চারে যমুনাগী অরূবা ঈশিংদু পেন্না থকচিল্লে। ভাহাক উরুমদা পোথানরে। থুমিদাংবাইরম য়োৎদুনা ব্রজ তম্না যণবী-যন্নাও পূম্নমক চোইদুন রাখালশিংগা লোইননা কৃষ্ণ বলরাম কারক্লে।

অঘাস্থরনা ময়াম লাকপা উরদুনা ভম্বনথৈ ময়াদু লাউনা কাদুনা লৈখি। গোপ মচাশিংনা থুমিৎ তাদুনা মনশিল্লক্রবনি খন্দুনা যণ ময়াম্বু কন্না চোইদুনা খোংকাপ কন্না লাইরেলগী য়াল্লুংদা চংশিনখি। কৃষ্ণচন্দ্রনা তুং থংখি। লোইনমক য়ান্নুং য়োরবদুদা অঘাস্থরনা মচিম্বান অনিদু উমাশিনখি। লাইরেনগী মবুক মন্নুংদা ব্রজ রাখাল পূম্নমক যণবী-যন্নাওগা লোইননা জ্ঞান মাঙখি। কৃষ্ণ-চন্দ্রনা কংসনা থারকপা অঘাস্থরগী মায়ানি হায়বা খঙখি। ইবুংঙোনা থাখা ময়াম অমস্থং ব্রজগী যণবী যন্নাও পূম্নমকপু কনগে হায়না পুক্লিংদা খননখি। কৃষ্ণচন্দ্রনা মাগী হকচাংদু চাউরবা চীংজাওদগী হেন্না চাউথোকখি। অঘাস্থরগী মবুক শদু কায়রক্লে। কায়বগা লোইননা মাগী থবাই মভাদু মপাল থোকখরে। অঘাস্থরগী মপুক্তা থাম্বুদনা লৈরুবা রাখালশিং অমস্থং যণবী-যন্নাও পূম্নমক হিঙ্গৎহল্লে ইবুংঙোনা। থুমিৎ অদু য়ুমদা অহিংদা থুংলরে।

মমা-মপাশিংনা লুংশা থীনা য়ুমদা কোন্থোংদা মচাশিংবু ঙাইদুনা লৈরমই। মচাশিংদা মমা-মপানা থেংনকপগী মরম হংখি। শ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্রনা কংসগী মনাই অঘাসুর হাৎপগী থোদোক্তু অঙকপগা লোইননা গোপ অঙাংশিংনা মমা-মপাদা তমখি। মচাশিংগী রা তারগা ব্রজগী গোপ-গোপী পুম্নমক্না গোপালবু থাগংখি অমসুং ঙক্লখি।

---

১৯

## ব্রহ্মাজীবু উকহনবা।

গুলাংথানি। শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা গোপশিংনা যমুনা তুরেল মপান্দা ষণ শেন্দুনা লোরি। নুমিৎ য়ুংশিল্লক্লে। রাখাল পুম্নমক অরাম-খোরাংনরক্লে। গোপালনা হায়খি—"নখোয় পুম্নমক যমুনাজীগী ইংলবা ঈশিংনা পুক থন্না থকসি। বন্দগী উহে রাহে অমুনবা অমসুং অহাঙবা থিদুনা চাসি।" কৃষ্ণগী রাকেসি তারদুনা গোপ-রাখাল পুম্নমক য়ানরে। মাইকৈ তরা পাংদুনা ময়াম্মক উহৈ থিবা চৎনরে। বৃন্দাবনগী উমঃ পুম্নমক উহৈ-রাহৈ পুম্নমক্না নিংথিনা পানবা মতম্নি। রাদনা রাখাল পুম্নমকনা ফিগাও থন্না থন্না উহৈ অমুনবা, অশংবা পুনরক্লে। যমুনা মপান্দা ফমদুনা রাখাল পুম্নমক হরাউবগা লোইননা উহৈ চারি। পুক থম্নরবা তুংদা ষণলুপ য়েংবদদি অমতা উদরে। ময়াম নুংশা থিনরে কৃষ্ণনা হায়রকই—"নখোয় পুম্নমক ফমদুনা লৈরমউ—ষণ পুম্নমক এনা লোইনা থিরক্কনি।" কৃষ্ণচন্দ্রনা কোয়হি থিববু ষণবী-ষম্নাও অমতা থিবা ফংদরে। যমুনা মপান্দা ফমলিবা

গোপ মচাশিংগী মনাক্তা অমুক গোপালদু হল্লকলে। রাখালশিংসু অমতা লৈরমদরে। শ্রীকৃষ্ণনা যাম্না কৌজরে। কনাগু থুম্মকপা লৈতরে। গোপালনা রাখাল অমা ফউবা থোংজল া বা ফংদ্রব। নুংশা পিজল্লক্লে, তৌফম শণ্ডজিল্লক্করে। গোপালগ উথোংদা ফমদুনা রাখল তৌরকহ। "এনা তৌজিক রাখাল অমতা পোকহনদনা ব্রজদা হল্লগা মমা মপাশিংনা হংলগা এনা কবি থুমগনি? মাগী মাগী যণবী-যন্নাও পীযু হাযরগা এনা করি পীগনি" ভাহাক কৃষ্ণ ন্দ্রনা রাখল তৌরগা মিং উহশিন্দুনা যেংবদদি ব্রহ্মাগী মাযাদু লোইনা ডরে। ব্রহ্মাজীন ব্রজগী রাখাল পূনমক যণবী যন্ন ও পূম্নমক্কা পোকহননা চাং অনগী লোক্তা গনখিগনি।

কৃষ্ণচন্দ্রন ব্রহ্মাজীগী অরানবদু চুনসে কে নিংদে। হবুংভোদবু মায হাব, অ গুম্ব মাযা চংদ্রবা মাযাগী নবুংভোদ তৌনিব অরাম্বা রাখলদু খডংলগে হাযনা হবুংভোনা থনখে। হবুংভোনা যোগবলনা যণবী য ও অনসুং রাখাল নশীং অমতা চিংদন পোকহল্লে। নযামদু পুদুনা ব্রজদ হল্লক্লে।

চহি অমা ফাজিল্লক্লে। ব্রজগী অহল-লমনশিংনা মাগী মাগী মচা মশুশিং অনসুং যণবা যন্নাও পূম্নমক অনতা কৃষ্ণগী খুৎশোম্ন হ যবা থম্ভমদে। মোংনদি ব্রহ্মাজীনা বৃন্দাবন্দ শক ওম্নোকতুনা কোহরকই। ইশ্বংভোগী যোগবলনা শেনশিব রাখালশিংদুনা যণবা-যন্নাও মযামদু উমংদা শেন্দুনা লেবদু চরে। নহাক্না ফাজিন্দুনা থমলিবা ব্রজ রাখালশিংদু চনখ্রবরা হাযনা নিংজদুন নংনদুদ ল কখি। লোগ অহুদা গোপ অভ ং খুদিংমক মন হ মরি পান্দুনা ব্রহ্মা ওহয ওইহ্মদুনা

কোযচৎ চৎতুনা লৈরমই  ব্রহ্মা না থোদেক অদুদা ওমখৈ লৈতনা ওকখ্রে। মশামক হান্নগী শকক্তম তনজিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী চরন্দা খুরমখি অমস্তুং লংজবা পূম্নমক ঙাকপিযু হাযনা নিজখি। *শেংবা গোপ-রাখাল অমস্তুং ষণবা-যন্নাও পূম্নমক হেক থোরকপগা খুংশেমগী রাখালগা তিন্নখি। ষণবী যন্নাওস্তু মশক মান্ন-মান্নবগা তিনশিন্নখি।

থাঙ্গেশেংবা রাখালশিং অমস্তুং ষণবী-যন্নাও ফংলদুনা গোপালদু হরাওরে। ষণগারকপা মতম ওইরদুনা ময়ামগা লোইনদুনা য়ুম য়ুমদা হল্লক্লে।

---

২০

## ধেনুকাসুর হাৎপা।

নোংমদি কৃষ্ণ বলরাম অনিনা রাখাল ময়ামগা লোইননা ষণ শেন্দুনা লৈরি। রাখাল অমনা চেল্লক্কুনা হায়রে—'হে কৃষ্ণ! সিদগী খর চৎলগ বন অমা লৈ, মতুদা যাম্না নিংথবা অমুনবা উহে পাল্লি। ঐখোয ময়াম চৎতুন অতোপ্পব উহেশিংদু চাকসি।" রাহৈশিংদু তাবগা রাখাল পূম্নমক যানদুনা মফমদু তান্না চৎলখ। বলরামনা ডক্তে নিংথিনা পানবা উাশংডুদা কারদুনা নিকথখি। অমুন-অমুনবা উহৈ পূম্নমক লৈমাযদা কেন্দুনা তাখি। রাখালশিংনা খুন্দুনা চাখি।

হায়রিবা বন অসিদ ধেনুকাসুর কৌবা হিংচাবা অমা লৈ। বনদুগী মপুনি। মফম অদুদা লাকপা শা অমস্তুং মী পূম্নমক হেক থেংনবগা ধেনুকাসুরনা হাৎলগা চাথোকচ। হায়রিবা হিংচাবসিবু কৌবনা উমংদুদা কনাগুম্বা অমতা চংনদে। মরমদুনা উমংদু উহৈ

যাহৈ অমুনবনা থনখিবনি। রাখাল ময়াম উবদুনা ধেনুকাসুরদু শাওবনা ঙংদুনা হোৎচিল্লক্লে। গোপ অভাং পূম্নমক মথরাই হিংনবা শমজি থাইদুনা মাইকৈ তরাদা চেনখি, বলরামদু উথক্কগী কুমথখি। বল-রামরোমদা ধেনুকাসুর হোৎচিল্লক্লে। বলরামগা ধেনুকাসুরগা ভাহাক পুঙ্গোই অকনবা লান থে'নৈ। ভাহাক লাক্লরগা বলরামনা ধেনুকাসুরবু হাৎখি। হিংচাবদু হাৎলবা মতুংদদি রাখাল পূম্নমক অমুক বনদুদা হঞ্জিল্লক্লে। অকীবা নৈতনা বনদুদা পাল্লিবা উহৈ পেন্না চারে।

---

২১

## কালিদমন।

নোংমদি কৃষ্ণনা বঙ্গেম্নহাশিং পূম্নমক অমম্তং যণবী-যন্নাও ময়ামবু থনমগা যমুনা মপান্দগী অম্তম অম্তম চৎথোক্লকই। বট অমগী মখোংদা ফমদুনা উমংগী নিংথিবা শকওংদু য়েংদুনা নৈরমই। নুমিৎনা কোক-তোন লোম্বা মতমনি। রাখালশিংনা যমুনাদা ভাহাক পুঙ্গোই ইরোইদুনা শান্নরমই। ইরোইবদা রারদুনা যমুনাগী ঈশিংদু পেন্না থকচিনখি। নুংশাগী মৈশা থাংনবগীদমক্তা মনাপুংবা উ পান্বীশিংগী মখোংদা হিপ্নখি। যণবী-যন্নাও পূম্নমকসু উরুমদা কুন্দুনা শগুপ শাইদুনা নৈনখি।

ভাহাক অচিকপদা পোথারুরগা গোপালদু মপীজাশিংগী নাক্কা লাকখি। রাখালশিংদু পাইদুনা অমম্তং কৌদুনা হোদোকখি। ওম্মোকপনি! রাখাল অমতা হৌগৎপা নৈতরে। জ্ঞান মাংদুনা

অশিবগা মান্নবা তূহুনা লৈমরে। গোপালনা মনাক্তা চংদুনা শোর হোনবর য়েংখি। র খ ল পূম্নমক শোর হোনবা অমতা যাওখিদরে। খুজেংগী মিহুন গোপালনা য়েংবদা মফম অমত্তা খঙখিদরে; থবাক পাইতুনা য়েংবদস্থ মফম খঙদরে গোপালত্ত। কৃষ্ণনা ষণবী-ষম্নাও ময়ামত্তু য়েংলুবদস্থ মরৈ তিংগোকতুনা তূহুনা লৈখরে। মিহুন হুনবা থরাই লৈবা মী-শা অমতা গোপালনা শেংনবা লৈতরে। গোপালদু অঙকপা ফংখরে। লোইনমক শিরে হাযন গোপালনা খল্লে। কৰি গৌদোক্তগী মখোয় ময়ামসি শিরিবনো হাযন ইবুংঙোনা খল্লে। ইবুংঙোনা উমংদা চংদুনা নাপী-শিংবী মনা শুগাইতুনা নাতোন্দা থর থর লৈজিনখি। তপ্পা তপ্পা পূম্নমক শোর থর থর হোনরকে। ঙাহাক জ্ঞান মাং-কুবদগী পূম্নমক হৌগংনরকে মতমসিদা নোংদোন্দা পাইবা উচেক অমা শদুনা যমুনাদা তাখ। যমুনা॥ ঈশিংদু মচু ওনখরে। ময়াম্না লাউনরক্রে—"যমুনাদা কালিয় লেনা লেরে। ময়াম পূম্নমক মকনসিদগী চেল্লো।" কৃষ্ণচন্দ্রন রাখাল পূম্ন কপু চেনগদবদগী থামলে। মগাগবু নূং হোনহন্দুনা যমুনাগী গভদা লমরে। কৃষ্ণন-চিংবা রাখাল পূম্নমকন নূংনা পাদুনা যমুনাদু লৈখহরে ঙাহাক লৈরগা চাউরবা নিজাও অমা মতোকত্ত ফল্লদুনা যমুনাগী গর্ভদগী তাওখংলক্রে। লিনজাওদুন কৃষ্ণচন্দ্র শম্না নোংলক্রে। মপান্দা লৈরিবা রাখাল পুম্নমক চেক্লোক্রকে। চেন্দবা হাযবনু গোপালদনি। গোপালদু লিনদুগী মতৌ মওংদু মূম্না য়েংদুনা লোখ। লিনজাওদুনা কৃষ্ণগী নাক যোশিল্লকপদা বৃক্ষনা কন চোংশিন্দুনা লিনগী মকোক্তা চপ লেপখি। লিনগী মহৈ অশাংবা তহুনা গোপালগী মশাদা য়েংতনা যমুনাদা লূপখি।

গোপ অঙাং খরদি মতু য়েংদুনা লৈখি। কৃষ্ণগী মওংদু উবদা নুংশা য়াম্না থিনখি। খরনা চেন্দুনা নন্দ যশোদা অনিদা তমখি। মচাগী পাউদু তাবদা মীপাইদুনা অহল ওইরবা মপা নন্দ অমসুং যশোদা অনিনা মকমদুদা থুনা য়াংনা য়ৌখি। বৃন্দাবনগী অতোবা গোপ-গোপী পুম্নমক মথবাক য়ৈদুনা মফমদুদা থুনা য়াংনা লাক্লখি। ময়াম্মক কপ্পি থোক্লগবনো হায়দুনা নুংশা গিবনা মিং কুপ্তুনা যমুনাগী ঈপাক্তা য়েংনখি। গোপাল শিরম্মনি নিংনদুনা রাখাল পুম্নমক কপ্পরক্লে। ব্রজগী নুপী পুম্নমক্না গোপালবু কালিয় লিন্না শোইদনা য়োৎলমলগনি নিংনখরে। "মাংলেদকো" হায়না লাউনরক্লে। মমা যশোদা লেপাইগক্তা জ্ঞান মাংদুনা রান্তখরে। মপা নন্দ তৌফম খঙদদুনা কোযঙাওনদুনা কোযচেন চেন্দুনা লৈরে।

ঙাহাক পুঙ্গাই যমুনাগী ঈশিংদু য়াম্না নৈরম্নদগী তুমিন লৈখরে। কালিয় লিন্দু শিরুম-নারুম তৌদুনা তাখৎলকলে। লিনগী কোক্তা কৃষ্ণচন্দ্রনা মগেক অহুম থেকতুনা অমসুং খুৎ নামনা লিনগী মমৈ পাইদুনা লৈবদু ব্রজগী মীয়াম্না উংরকলে। লিনদুগী মতুশিংনা মথুৎ লোন্ন-লোন্নদুনা গোপালদা মরাগী মথম্রাই নিনরকলে। গোপালদু মোমোন নোকদুনা লৈখি। গোপগী অঙাংশিং পুম্নমক্না গোপালবু কৌরক্লে। নন্দ-যশোদা অনিমক মচাগী মাইথোং উজবদা হরাওরে

অমরোমদা কালিয়গী মতুশিংনা মরাগী মথম্রাই নিজবদুদা গোপালনা হায়খি—"নখোয়গী নপুরোইবগী মথম্রাই কনবিরগে—নচা-নশু ময়াম পুদুনা সমুদ্র তান্না চৎতুনা মফমদুদা লৈরু।"

কৃষ্ণচন্দ্রগী য়াথং ইন্দুনা কালিয লিন্না যমুনা থাদোকখি। মহাক্না মতু-মচা ময়াম পুদুনা সমুদ্র তান্না চৎখি। যমুনাগী ঈশিংদু সুমিৎতুদগী হৌনা থকপদা অমৃতমৃক শাওখরে। গোপালনা নোকলদুনা মগা যশোদাগী তম্পাক্তা ফনখি। যশোদা মমানা মচাবু ফংজরদুনা চেজেৎ কোনশিনখি।

---

২২

# উমং মৈ থাবা।

কালিযবু যমুনা তুরেলদগী তান্থোকপা হোৎনবদা কৃষ্ণ অমসুং ব্রজবাসী পুম্নমকতু মফমদুদা সুমিৎ তাখ্রে। যাম্না মম্না অহিং ওইখ্রে; য়ুম তান্না হনবসু যাম্না লাপখ্রে মযাম পুম্নমক নোং ঙাল্লগা য়ুমদা হনবা লেপ্পরে। মরমদুনা উমংদুগী মনুংদা যারেকপদা মুংঙাইগদব মফম অফবা মযাম্না খল্লে। কৃষ্ণচন্দ্রসু মমা যশোদাগী তম্পাক্তা হিপখরে। যে গী রাখাল পুম্নমক মমা-মমাগী তম্পাক্তা হিপখরে। মমা নৈজদবা গোপ মচা কযানা মবেনগী তম্পাক্তা অমসুং মপা মপুগী তম্পাক্তা হিপখরে। নন্দ-যশোদানা চংবা ব্রজবাসী পুম্নমক নিদ্রা দেবীগী খাযাক্তা তাখরে। মতমসু থেংজিল্লক্লে।

ইখঙ-খঙদৌদনা ব্রজবাসী পুম্নমকনা হিপালিবা উমংদু লৈম্মৈ চাকলক্লে। করম্বা হিংচাবনা মাংনবা থারকলিবনো! উমংগী কংলবা উনচিংবা শীংশিংনা চাকলকপনা প্রোক প্রোক লাউনা চাকশিল্লক্লে। মমলবা অহিংদু চাকলকপা মৈগী মৈঙাম্না ইঙান

ঙানখরে। অশংবা উশিংনা চাকলকপগী মখোন্না বজ্র তাবদগী হেন্না লাউখরে। মৈশাগা মখোনগনা অমতা ওইনা ব্রজবাসী পূন্নমক মিকপ অমতা ওইনা থোকলকলে। ময়াম পূন্নগক অফিং-অফাই ওইনা ফুক ফুক চৌগৎনরগা তৌফম খঙদনা ঙাগাক ঙকতুনা লৈরে। অঙাং অমসুং নুপীশিংনা কপ্পররক্লে। থৱাই হিংনবগীদমক মাইকৈ খঙদনা চেন্নরে। ওন্থোকপনি! মাইকৈ মন্নিমক চাক-শিল্লকপনা চেনখৈ চেল্লগা হান্নগী মফমদা হন্নরক্লে। মাইকৈ অহাংবা অমতা লৈতরে। মপান থোকতুনা থৱাই হিংনবগী পাঙ্গল অমতা লৈতরে। ব্রজবাসী পূন্নমক কৃষ্ণবু কৌদুনা কপলে। কৃষ্ণচন্দ্রদি মমাগী তম্পাক্তা তুমদুনা লৈরি। রাখাল পূন্নমকনা কৃষ্ণগী নাক্তা চেনশিল্লকতুনা—'এখোয়বু কনবিয়ু কনবিয়ু" হায়না কপলরে। গোপালদু মিকপ থোক্লে। মাইকৈ মরিদ লম্মৈ চাকশিল্লকপদু উরে।

কৃষ্ণচন্দ্রনা ব্রজবাসী পূন্নমক খেমজিল্লমই—' এনা ব্রজবাসী পূন্নমক হিংনবা পাম্বে মিগানি—কন্নিমতা কীবিগনু; ঙাহাক্কদি চপ মান্নন মিৎ উইশিনবিয়ু।" গোপালগী রা তাবদা গোপ-গোপীনচিংবা পূন্নমক মিৎ চপ মান্ননা উইশিনখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মিকুপ অনগী মনুংদা তমগিনা চাকলবা উমংদু মুথৎখি। ঙাহাক্কী মনুংদা চাকলবা মফমদু উনমুক হংখি। মৈশা ফংদ্রবদুদা পূন্নমক মিৎ পাংথোক্রে। থাশিগী অহিংদা মন্নগুন্না অদুক অচাকপা মৈগী মঙালদু লৈতরে অমসুং মল্লে। মৈ চাক্লম্বা উমংনি হায়না খনবদা থাজদবা মফম ওনখরে। হৌজিক্তা শাথিনা লম্মৈ

চাক্লস্নি হায়রুবদা অহায়ব মীচু অয়ানব তাবে। কৃষ্ণগী অঙক-পগী পঙ্গলচু উবদা ব্রজবাসী পুম্নমক ৬কপদা ঙমখৈ লৈতরে করম তৌনা গোপালনা লম্মেচু মুংহনখিবনো হায়বা মনুংগী পাঙ্গলচু খঙনখিদে। হরাওবা অমসুং নুংঙাইবগা লোইননা ব্রজবাসী পুম্নমক য়ুম য়ুমদা হন্নরক্লে।

---

## ২৩

## গোবর্দ্ধন পূজা।

চহি খুদিংগী বৃন্দাবন যাম্না চাউনা শোরারেনবু পূজা তৌই। শোরারেন পূজাগীদমক চহি খুদিংগী মণ লিশিং লিশিং শঙ্গোম, ঘী, দহি, মাখন লাংশিনুনা থমহ। ব্রজবাসী পুম্নমকনা মাগী মাগী লৈজবা পুম্নমক নন্দ নিংথৌগী পুক্কেদা জাগীদমক মমল লৌদনা পৈরৈ। লড্ডু, বেবা, হলবা, জিলিবী, ক্ষীর, পুরী, মালপুরা, চন্দ্রকান্তি, রসগোলা, নিমকী কচৌরীনচিংবা হাওর-হাওরবা চিঠাঈ, সন্দেশশিংচু ইন্দ্র দবদা কৎলি।

অতুঞ্জুম্না পূজা মতমচু শুইরে। পূজাগীদমক শেম-শানরক্লে। শঙ্গোম, দহি, মাখন, ঘী, আটা, ময়দা, চানি, চুহিনচিংবা পূজাগী চংগদবা পোং পুম্নমক নন্দগী পুক্কেদা পৈশিল্লে। পূজারীশিংনা চাউর-চাউরবা খাংদা চিঠাঈ, সন্দেশ তোগৎলে। থাদোক ময়ামচু কৃষ্ণনা উরগা মপা নন্দদা হংলকই :—

"পাবা, করিগীনো লা লিবা ময়ামসে?"

"ইন্দ্র পূজাগীনিনে।"

"ইন্দ্র হায়বদি কনানো—মাবু করিগীদমক পূজা তৌগদৌ-রিবনো ?"

"ইন্দ্র হায়বসি স্বৰ্গগী নিংগৌনি। মহাক্না থৌজানবিরবদি নোং মরাং কায়না তাবি। নোংনা মরাং কায়না নিংগিনা তাবিরবদি লৈবাকসি লৈহাও চেল্লি। মহৈ-মরোং নিংথিনা চুম্না পাল্লি। মহৈ-মরোং মরাং কাযনা থোক্লবদি ঐখোয় পুম্নমক্কী অচা-অথক রাত্তরে। ঐখোয়গী শরাই হিংচল্লিবা-হিংচল্লিবা ষণবী ষন্নাও পুম্নমকস্থ মপুকথন্না পীজবা ঙমলে। করিগুম্বা লাই নিংগৌ ইন্দ্রনা শাওতুনা নোং তাহনবিদ্রবদি ঐখোয় কযাদা রাগদবনো ! যণ, ঈবোই, ষণবী-ষন্নাও পুম্নমক শজিক ফংদতুনা শিগনিদো। অচা-অথক তাংদুনা ঐখোয় পুম্নমক চরা চেংদুনা শিগনিদো মরমসিনা ঐখোয় পুম্নমক ইন্দ্রদেববু পূজা তৌরিবনি।"

মপা নন্দগী রাহৈশিংদু তারগা কৃষ্ণনা হায়রকই —"পাবা, ঐখোয়সি চীং অমস্থং বন্দা লৈবনি। ঐখোয়বু কনাবরিবাদ গোবর্দ্ধন চীংনি অমস্থং ঐখোয়গী লাইদি বৃন্দাবনসিনি। ঐখোয়না পূজা তৌগদবদি গোবর্দ্ধন অমস্থং বৃন্দাবন অনিসি তৌগদবনি। ইন্দ্রবু পূজা তৌফম থোক্তে। ঐখোয়না গোবর্দ্ধন চীংথক্তা যণ শেল্লি, বৃন্দাবন্দা লৈতুনা লৌ-শীং উতুনা চারি। গোবর্দ্ধনগী মরুমদা থুপতুনা হিংলিবনি। লাকও—অসিগুম্বা গোবর্দ্ধনবু পূজা তৌসি।"

কৃষ্ণগী রাতুদা মপা নন্দস্থ য়ারে। ব্রজবাসী পুম্নমক কৌতুনা রারম পুম্নমক থন্নরে। কৃষ্ণগী রাতুদা লোইননক য়ানরে। ইন্দ্র

পূজা তোকলে। গোবর্দ্ধন অমসুং যণবী-যন্নাও পুম্নমকপু পূজা তৌবা লেপ্লরে। পূজাগী দমক থোরাংলে। ব্রজবাসী পুম্নমক্না মাগী মাগী যণ, ঈরোই, যণবী-যন্নাও পুম্নমক যাম্না নিংথি নিংথিনা ইকজবিরে; মপুক থন্না থন্না শীজরে, নিংথি-নিংথিবা লৈগী পারেং লেংতুনা শিজন-বিরে। মাগী মাগী লৈজবা নিংথি-নিংথিবা ফী চেংশিল্লে। পূজাগী মপোৎ-মচে পুম্নমক থাপতুনা গোবর্দ্ধন তম্না নন্দ নিংথৌনচিংবা ব্রজবাসী পুম্নমক খোংশান্নরক্লে।

গোবর্দ্ধন যৌরে। ব্রাহ্মণচিংবা পুম্নমক গোবর্দ্ধন্দা তৌনবী পূজা তৌরে। মিঠাঈ, সন্দেশনচিংবা মণ মণ কয়া কৎলে। গোপ-গোপী পুম্নমক্না পুং-ঈশৈ য়েতুনা শাকতুনা গোবর্দ্ধনবু তনেৎলক হন্না কোয়তুনা পূজা কৎলে। গোবর্দ্ধনগী সিন্দুর লাইবকতা নম্নরে। প্রসাদিনচিংবা মাপুম খাদংনক নিংথি-নিংথিনা যেল্লে অমসুং চানরে।

বৃন্দাবনদা চরাওবনা থল্লে। করিমুক চায়ানি কোকিলন মঙাং-শুবা খোন্থাংদা বৃন্দ কুন্দ খেংলে। মাতেংলবা অমেম্বা নিংথিবা তান্দা জগোই শারে। যণবী যন্নাওনা মচম শাঙ্গংতুনা মমাই হাইগৎ-তুনা চেন-চোংতুনা শান্নরে।

# গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা।

লাই শোরারেন্না চভিতুদা মাবু ইরাৎত্রবতুদা য়াম্না শাওয়ে। মহাক্লা খনখি—"ব্রজবাসীশিংসি য়াম্না অহং কারমাল্লে—মখোয় মক্তিক খোকপা লাক্লগে।" ইন্দ্রদেবনা নোং নিংখৌ কৌতুনা হায়খি—"হে বরুণ, থুনমক নোং কন্না তাদুনা বৃন্দাবনসি ঈশিং চাউহল্লু অমসুং থুমহল্লু। লাই নিংথৌগী হুকুম ফংবদগী নোং নিংথৌনা শুকনা নোং মংবা হৌরক্লে। করিমুক তায়নিংঙাই লৈতরে। খভৌদনা নোং মরিক অমনা য়োংশুক-য়োংশুকমুক চাউনা তৈথরক্লে। মরক্তা চাহাকা হাংবা লৈখিদবে। মতম চাদনা বৃন্দাবন্দু প্রলয় তৌগে মতাগুম তৌখরে। নুমিৎ তুমনি চুপ্পা অহাংবা লৈতনা নোংনা ফুইনা চুথরে। যমুনা তুরেলদু ঈচেন্না ঈশিংশিংদু পুবা ওন্থক্তরে। যমুনা কায়রক্লে। লৈরক-কোনাশং ঈশিং য়াম্না চংশিল্লক্লে। ঈচেন কন্না য়ুম মনুংদা ফুজিল্লক্লে। ঈশিং ঈচাউনা য়ুম কয়া থুদেকলে। হমুবা-হনুবী, শা-যণ কয়া কয়া ঈশিংনা পুথরে। অদুফাওবা নোং তাবা তোক্তরে।

মী পুম্নমক জ্ঞান মাংনরে। মমাংদৈদা অসুম্না ঈশিং চাউবা, নোং চুবা অমুক্তসু থোকখিদবি। ব্রজদা লৈরিবা মীপুম থুদিংমক্লা কৃষ্ণবু শাওরকলে। "ঐখোয়না কৃষ্ণনা হায়বা ইন্দুনা শোরারেন পূজা তোকউদুনা ইন্দ্রদেবনা শাওদুনা অসি থোকইবনি। ঐখোয় হৌজিক শোইদনা কনাগী যণবা-যন্নাও ফাওবা চিথদনা তুম্না শিরদবনি। শোইদ্রবনি তৌরিবা থৌদোকসি মহা প্রলয়নি! হৌজিক নন্দ নিংখৌদা ব্রাকংপা নত্তনা উপায় লৈতরে।"

নন্দ নিংথৌগী মফমদা অয়াম্বা ব্রজবাসীশিংনা চেল্লক্লুনা কপ্লমই। "হে নিংথৌ! নহা' মুপা লালানা হাযবা ইল্লূবদগী থোক্লিব' থৌদোকসে। ঐখোযনা ইন্দ্র পুজা তৌরুদবদগী করি থোক্লবনো! লন থুম, যুম-কৈ পুম্ন'ক ঈশিং ঈচাউনা লোইনা মাংহল্লে। মসিদগী অসুম ঈশিংসি চাউশিল্লক্লবদি ঐখোযগী ইমা-ইপা ওইরিবা যণবী-যণলাবা অমসুং মুপী-নহা, অঙাং-মুপী পুম্নমক থব্রাই লোইনা থারগনি। তৌজিক ইন্দ্রদেববু শাওহন্দনবা পাম্নে তাকপিযু। ঐখোয লোইনমক মাংবা তারে! মাগী মফমদা চংজতৌদ্রবদি।"

মযামগী ৱাতু কৃষ্ণনা তারগা মোমোন নোকতুনা হাযরমই— "ঐখোযনা তৌজিক পূজা তৌহন্নিবা মাগী মফমদা ঐখোয চংজসি। শোইদনা মানা ঐখোয থ্বাইমক কনবিগনি।" বড়গী মীপূম খুদিংমক মাগী মাগী অঙাং—মুপী, হন্দ হনা অমসুং শ-যণ পুম্নমক পুতুনা গোবর্দ্ধনদা চংজরে। কৃষ্ণচন্দ্রনা গোবর্দ্ধনবু খুদোলথক্তা থাঙ্গৎখি।

অতুকা ওবা নোংজাও ভাবা লেপ্লমদে। চৌংগী চাংথাদা গোপ গোপী পুম্নমক মাগী মাগী যণবা-মন্না' ও লোইনতুনা থুংচাহন লৈথোক্রে। ইন্দ্রদেবতু যাম্ন শাওরে অমসুং মাগী থুংলাইই নোংলেশিংজৎতু চৌংথক্তা থাদরক্রে। তৌই ওমসুং চৌংথক্তা তারকপা নেংঙে শিংজং পুম্নমক অরেম্বদা থ্যাও থাও মাংলে। বরিমুক হায়কগনি। অঙাং অমসুং যন্নাও অমা ফাওবা মতু তেকখিদে ব্রজবাসী অপূম্বা মাগী মাগী লৈজবা অহাও-অথুম চাদুনা' নুংঙাইনা মতম লেনখি।

চযোল অমা চুপা মোং তাখি। ইন্দ্র মাইথিবে শোরাবেন্না মবুংঙো কৃষ্ণগী পাঙ্গল খঙজখি। মশামক লাকতুনা গোপালদা ঙাকপিযু

হায়না খুরুমজরে। নোংচুবা তোকলে নোং মংখিদরে। নোং-দোনথক পুমশেং শেংখরে। মী পূম্নমক মাগী মাগী ময়ুমদা হঞ্জিন্নরে। মমিৎতুদগী হৌদুনা হিন্দুস্থানদা ইন্দ্র পূজা তৌবা লেপখি। হৌজিক ফাওবা হিন্দুশিংনা গোবর্দ্ধন পূজা কৎনরি। ব্রেজবাসী অপূম্বনা কৃষ্ণগী ৱাবু য়াম্না থাজবা অমম্বং নুংশিবা হেনখি।

---

## ২৫

## বৃন্দাবনগী রাস লীলা।

কৃষ্ণনা গোকুল অমম্বং বৃন্দাবন্দা অনৌ-অনৌবা কুম্মৈ পুথোকখি। অমুক জগোই শাই, অমুক ঈশৈ চেক শকই, অমুক যমুনা মপান্দা কোয়দুনা শান্নে, অমুক লৈ-মনা পল্লবা উমংদা নিংথিরবা মরদা বাঁশী খোংই। ব্রজগী নুপী-মচা পূম্নমক কুম্মৈদু য়েংলগা পেঞ্জখি। অদুদগী চেন্দোকতুনা মতম চুপ্পা কৃষ্ণগী নাক্তা লৈদুনা কৃষ্ণগা লোইননা শান্নবা, জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা য়াওরমই। বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা ব্রজ-গোপী অমতা ময়ুমদা লীংতানা লৈজবা ঙমদে। অতাবা গোপী পূম্নমক চেৌদুনা কৃষ্ণগী নাক্তা লাকতুনা উমংদ—যমুনা মপান্দা শান্নরে। ওলাংথাদা যমুনাদা পোপীশিংনা ঈশিংচাইবী শান্নে, কৃষ্ণগা লোইননা। থাবল য়াম্না ফবদা যুমদগী থোরকতুনা কৃষ্ণগা লোইননা নিংথিবা মরদ নুংশি নুংশিবা ঈশৈ শকতুনা, জগোই শাদুনা লেল্লি।

কৃষ্ণগী অসিগুম্বা লীলাসিগী পাওসি মথুরাগী নিংথৌ কংসগী নাকোং য়ৌরে। ৱাসি তাবদা কংসদু নুংশা য়াম্না থিজিল্লক্লে। মানা

খঙ্গখি—"অঙাংসি য়াম্না ভকখ্রবা অঙাংনি। মহাক্না পুতনা হাংখ্রে, বৎসাসুর মথৱাই লৌখয়ে, বকাসুর অমসুং অঘাসুরবুসু মাংহনখয়ে। অসিদা নত্তুনা কালীয় লিনবু যমুনাদগী তানথোকখয়ে। ইন্দ্র পূজা তৌবা থিংহনা গোবর্দ্ধন পূজা তৌবা হৌদোকখি অমনা গোবর্দ্ধনবু ইরাই লাইনা খুদোনবীদা থাঙ্গংখি। মসি শোইদ্রবনি ঐগী য়েক্নবা। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মাবু হাংতুনা মাংহন্দবা য়াদ্রে।"

কংসনা অসুম্না ৱাখলগী ঈপাক্তা তাওরিঙৈ মতমদা নারদ মুনিনা বীণা খোংদুনা "রঘুপতি রাঘব রাজা রাম" হায়না শকল-শকলদুনা কংসগী নাক্তা লাকখি। কংসনা নারদবু য়াম্না তরাম-তরাম তৌদুনা হংজখি—"হে মহারাজ! নহাক্তি মরোল অঙম্মক কোয়বা ভমইবনি, মরোল অহুমগী পাও লোইনা খঙলিবনি। গোকুলদা লৈরিবা অঙাংসি কনানো? মহাক্না নোংম-নোংমগী অঙক-অঙকপা থবক্তা তৌথোক-লকই। মসি কনাগী মচানো? মমিংনা করি কৌবগে?"

নারদ মুনিসি মবুক্তা করিগুম্বা অথুপ্পা রা অমতা থম্বা হৈত্তবা মুনিনি। মাদি অচুম-অচুম্বা রাদা তাকথোকই। রা অসি হায়রগা য়াম্না ফৎলোই-ফগনি হায়বা মঙোন্দা করিমতা চিংনবা লৈতে। মানা খঙদবা অথুপ্পা-অরোনবসু অমতা লৈতে। স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল অহুমদা থোকইবা থৌদোকপুম্বা মানা খঙই। মতমদগী পাঙজেল মানা ওইরগই। কংসগী রাদু তারদুনা মানা খুমখি—"নংনা হংলিবা অঙাংদু মচন দেবকীগী মচা নিপানশুবনি। বসুদেবনা নংবু কীদুনা নন্দগী য়ুমদা থৈখিবনি। মাগী মমিংনা কৃষ্ণ কৌই। মাগা লোইননা লৈরিবা অঙাংদুনা রোহিণীগী গর্ভদা পোকপা বলরাম কৌবদুনি। মথোয়

অনিসি মপাঙ্গল য়াম্না লৈবা অমস্তুং শৌনা য়াম্না ফবা ঙাক্তুনি। নংনা মখোয় অনিবু য়াম্না মূন্না য়েংশিনগদবনি। মখোয় অনিগী মখুত্তা নিংথৌ কংস শোইদনা শিরদবনি।”

নারদগী ৱাহ তাবদা কংস তু-থ্যাও চুংই অমস্তুং য়াম্না শাওখি। খুদকতুদা কংসনা থাংখুমদগী থাংশাং শাত্তোক্লুনা লেপখি। কৈশুমশংদা বন্দী ওইনা লৈরিবা-লৈরিবা বসুদেব-দেবকী অনিবু মঙক ককতুনা হাৎকে হায়রুনা কংস খোংশান্দোক্লকই। খুদকতুদা নারদনা মখুৎ পাইদুনা খামখিরমই।

## ২৬
## ধনুযজ্ঞ থৌরাং তৌবা।

দেবর্ষি হনখরে। নিংথৌ কংসনা মনাই অচানবা সেনাপতি কেশী কৌখিরমই। কংসনা কেশীদা হায়খি—“নং থুনা য়াংনা বৃন্দা-বন্দা চৎতুনা কৃষ্ণ বলরাম অনিমু হাৎলুচো।” মতুংদা নিংথৌ কংসনা মাগী মনাই অকন-অথৌ মুষ্টিক, চাণূর, শল অমস্তুং তোশলানচিংবা লৈপাকী অওম-অথৌ, পাত্র-মন্ত্রী পুম্নমক কৌশিল্লমই। মখোয়শিংদা নারদগী অচুম্বা, অশেংবা ৱাশিংহ কংসনা তমখি। মনিংথৌগী ৱাহ হেক তাবদা চানুর অমস্তুং মুষ্টিক অনিনা খুদকতুদা মরুংতোগী নিংবা থুংনবা ব্রজদা চৎকে থৌরাংলে। তৌইগুম্সতুং নিংথৌনা থামদুনা হায়খি—“নখোয়না মফমদুদা চৎপদি লেমদে; মচিন-মনাও অনিমু মফমসিদা পুরক্লগা মল তৌদুনা লৈপাক কুম্মে তৌরগা হাৎলু।

ঐগী শামু লমশা কুবলয়াপীড় লানগোংদা থম্লগা মচিন-মনাও অনিদু হাংতোকহল্লু। লাক্লিবা চতুর্দ্দশী তিথিসিদা ধনুযজ্ঞ তৌনবা থৌরাং তৌরে। কুম্মৈসিদা ভূতনাথকীদমক্তা শা হাংকদবনি।"

নিংথৌ কংসনা ঙাহাক ৱাথল তৌরগা যদু শাগৈগী মৈতাল অরাবা অক্রুরবু কোনুংদা কৌথিরমই। অক্রুরদা কংসনা তাকখি —"হে অক্রুর! নংনা থুনা-য়াংনা ব্রজদা চৎতুনা বসুদেবগী থৈদুনা থম্লিবা মচিন-মনাও অনিদু ৱথতা চাপা তুনা পুরকউ। মখোয় অনিদু ধনুযজ্ঞ য়াওরদবা য়াদে অমনা ব্রজগী নিংথৌ · প্রজা অপূম্বসু লাকউ হায়গদবনি।"

কংসগী ৱাদু অক্রুরনা য়াম্না মূন্না তাজরমই। নিংথৌগী য়াথংদু অক্রুরনা মকোক থোংনা য়থি। মচাক্কী মথৱাইদা অপেনবা নুংঙাইবা পোকখি। ব্রজদা চৎনবা অক্রুর থৌরাংখি।

অমরোমদা কংসনা থাখিবা কেশী হিংচাবদু য়াম্না নিংথিরবা শগোল শকলোন লৌরে। শগোল ওল্লবা কেশীনা কৃষ্ণচন্দ্রগী খোংগুল লীরক্লে। শগোলদুগী মঙং-মতৌ উবদা ব্রজবাসী অপূম্বা কীবনা থক থক নিকখিরমই। কেশীনা য়াংনা কন্না কৃষ্ণচন্দ্রদা হোৎচিনখি। মাগী খোংমাং অনিদু কৃষ্ণবু কাউথুদুনা চাংকে নিংলমই অমসুং তোৎনরমই। খুদকতুদা কৃষ্ণনা খুৎ অনিনা খোংমাং অনিদু পাইদুনা লিনবু চেগপ্পা চগতুনা লংথোকপগুম লাকতুনা লিরুং চামরুম লাপ্পা লংখি। কেশীনা ঙাহাক পুঙ্গাই ৱান্থখি। কেশীনা জ্ঞান ফংলকপদা কৃষ্ণদা ময়া কাথংতুনা হোৎচিনলে। ইবুংঙোনা নোক্লা-নোক্লা কেশীগী ময়াদা খুৎ থিংজিনখি। মৈদা ইক্লবা শারবা

য়োৎকুম্না ইবুংঙোগী খুৎতুনা কেশীগী ময়া শোকপদা ময়া কুহ্‌ত্রাদু কেন্দুনা তাখিরমই। ইবুংঙোগী খুৎনা মপুকয়োনা থিংজিন্দুনা চাউ-খোম্লকতুনা পোকথাযদুনা কেশী হিংচাবদু মথবাই লৌথোক্লে। ইবুংঙোগী খুৎ হেক শৎতোকপদা মম্না মউ য়াওদ্রবা উজাওগুম্না, নৈবাক্তা কেশী হিংচাবদু থরাই য়াওদনা তাখে। পাউসি মথুরাগী নিংথৌ কংসগী নাকোং য়োখরে। নোংম-নোংমগী কংসনা ইবুংঙোবু কীশনবা হেঞ্জিল্লক্লে।

---

## ২৭

## মথুরা যাত্রা।

অক্রূরনা নির্ংথিরবা শগোল গাড়ী অমা তোংদুনা বৃন্দাবন লমদম পাংলকই। লম্বীদা অপনবা নৈতনা নন্দগী শঙ্গাই তান্না থৌজিল্লকই। নন্দনচিংবা ব্রজগী অহল-লমন পূম্নমক্না য়াম্না তরাম-তরাম তৌদুনা অক্রূরবু কৌশিল্লমই।

অক্রূরগা লোইননা ময়ামগা চাক ঈশিং চামিন্নরবা মতুংদা ময়াম ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নবমই। কৃষ্ণনা অক্রূরদা হংখি—“ঐখোয়দি অসুক কুইবসি নহাক লাকপা ঙাইরিবনি। মথুরাগী নুংঙাইবা ই-পাও তম্বিয়ু। ময়াম্মক লোইনা মঙ্গল ওইরিদনা ?” ৱাহৈশিংসি তারগা অক্রূরনা হিক্না চিক্না কপ্লকই। কৃষ্ণনা অক্রূরবু তাক-খোৎতুনা খামজিল্লগা হংলকই—‘হায়বিয়ু করিগীনো নহাক্না অসি-য়োনা ৱারিববো ? ঐ অসি নখোয় পূম্নমক্কী সেবাগীদমক শেম-

শাতুনা লৈরিবনি।" অক্রুরনা মথুরাগী ৱাবম পূম্নমক অমতা চিংথদনা তম্লে, কৃষ্ণ-বলরাম মচিন-মনাওবু ধনুযজ্ঞ য়াওনবগীদমক কংস নিংথৌনা থারকলিবনি হায়বসিস্তু অক্রুরনা তম্লমই।

অক্রুরগী ৱাদু তাবদা নন্দ বাবাতু কাখিরমই। মমা যশোদানা ৱাতৈতু তাবদা স্বর্গগী বজ্র কোকনক্লা তাবগা চপ মান্নখরে। কৃষ্ণনা মমা-মপা অনিবু খাংজিল্লগা অক্রুরদা হায়রকই—"অক্রুর! নখোয় মযাম্না করিনতা চিংনকুগনু। কংসনা ঙাখোয়বু করিমতা মাংনবা তৌবা ঙম্লোই। বরিকপা নত্তারা তে রম্লবস্ত্র ঙম্গী মতৈ মানা মতিক চানা ফংগনি। মাদু মাংনব তোৱগা মানা শোইদনা মাংগদবনি। ঐখোয় হয়েংনক নংগা লোইনদুনা মথুরাদা চৎকনি।"

মথংগা সুবাহুদা মথুরা চৎনবা থৌবাংলে। নন্দ নিংথৌনা মাচন-মনাও অমসুং ব্রজবাসী পূম্নমক কৌরে। কংস নিংথৌদা লোইপোৎ কৎনবগীদমক পোৎচৈ পোরাংলে শঙ্খোম, দহি, ঘান-চিংবা চহ্র চদু পিবগন্না থৌশিনলে। পোৎ পূম্নমক গাড়ীদা হাপকৎলে। বলরাম অমসুং কৃষ্ণ অনিনা অক্রুরগী শগোল গাড়ীদা তোংলে। নন্দগা মনাঙশিংগা অমা শগোল গাড়া অমদা তোংলে। কৃষ্ণ-বলরাম অক্রুরন লোইনাই চৈতুনা মথুরারোমদা যাত্রাগী থৌরাংলে। গোকুলগী নাপূন খুদিংমক ৱানখিরমই। কনা অমত্তসু কৃষ্ণ-বলরাম অনিবু কংসগী নখুঙগী চিংতুনা বৃন্দাবনদা হল্লকনি হায়নানি নিংনদে। যুমগোং খুদিংদা অৱাবগী ৱাখল্লা লুপ্পখরে। মীয়াম খুদিংমক খোন পোৱা বপ্পরক্লে, নন্দগী মথোংদ ব্রজবাসী অপূম্না তিল্লরে। ব্রজগী গোপীশিংনা কৃষ্ণবু যাম্না নুংনা অমসুং

মুংশিনা তৌজে। ব্রজ গোপীশিংনা কৃষ্ণবু পুথিবা য়াদে হায়দুনা অক্রুরগী গাড়ী মাইকৈ মরিদা কোয়শিন্দুনা গাড়ীদু ফাখিরমই। গোপী পুম্নমক্না খোঙ্গেল অমতা ওইনা হায়রকই—"ঐখোয়না কৃষ্ণবু চৎহল্লোই। কংস হায়বদু য়াম্না ফত্তবনি। মহাক্না ঐখোয়গী কৃষ্ণগী মফমদা করি তৌরক্কদগে হায়বা ঐখোয় চিংনৈ।" কৃষ্ণনা গোপী ময়াম্বু নিংথিবা ৱাহৈনা খামজিনখি। অমরোমদা নন্দ নিংথৌনা গোপী পুম্নমকপু থেমজিন্দুনা য়াম্না থুনা খুদোংথীবা লৈতনা ব্রজদা কৃষ্ণগা লোইননা হল্লক্কনি হায়না তাকপিখিরমই। য়াম্না থেমজিন-খোৎচিল্লবা তুংদা ব্রজ গোপী পুম্নমক বা ভাংদনা য়ারে। অক্রুরগী গাড়ীনা মাং থাদুনা মথুরা লমদম য়ৌশিল্লক্লে। নুংদাংৱাইরমদা মথুরা সহরদা রামকৃষ্ণ মচিন-মনাও থুংলরে। য়াম্না নিংথিরবা লৈকোন অচৌবা অমদা কৃষ্ণ-বলরাম মপা নন্দগা লোইননা পোৎথাদুনা লৈরমই। অক্রুরনা পাওদু কংস মহারাজদা তম্নবা কোনুং তমনা গাড়া থৌজিনখি।

বলরাম অমসুং কৃষ্ণ মচিন-মনাও মথুরাদা য়ৌরক্লে হায়বা পাওসি সহর অপুম্বা তানরক্লে। অয়াম্বা মথুরাবাসীশিংনা মচিন-মনাওগী মগুণ ময়ামদু হান্না লোইনা তারগা শক্তি উখিদ্রি। নুপা-নুপী খুদিংমক্না কৃষ্ণ-বলরাম অনিবু য়েংনবগীদমক ময়ুম-ময়ুমদগী লৈকোন তম্নরক্লে। মথুরা মীপুম খুদিংমক মচিন-মনাওগী নিংথিরবা শুক্মাৎনবগী মশক ওইরবা শক অমসুং গুণ উবদা ভক্লখি। মথুরাগী য়ুমথোং খুদিংদা মচিন-মনাওগী ৱাদা নুপী-অভাং, নুপাশিংনা শানখ্রে।

# মুষ্টিক অমসুং চানুর হাৎপা।

কংস নিংথৌনা মনাই-মশলশিংগা লোইননা যজ্ঞগীদমক থৌরাংলে। য়াম্না চাউরবা মাণ্ডব অমা শেম্লে। সহরগী মী অয়াম্বা যজ্ঞ য়েংনবগীদমক্তা মাণ্ডবতু থল্লে। লৈবাক লৈবাক্তগী অচৌ-অচৌবা পাত্র-মন্ত্রী অমসুং নিংথৌনচিংবা বার্ত্তন ফংবমখৈ তিল্লরে। মাগী-মাগী ফমফমদা ফম্লরক্লে। মাণ্ডবতু ভাবক্না পূমথন থনখরে। ব্রাহ্মণ, পুরোহিতনচিংবনা যজ্ঞ তৌনবা থৌরাংখ্রে। কংস মহারাজনা মনাই অচানবশিংগা লোইনদুনা থ্বাইদগী অৱাংবা আসন অমদা লেংশিনখ্রে।

ভাহাক লৈরগা কৃষ্ণ-বলরাম অনি যজ্ঞগী মাণ্ডবতা লেংশিল্লকই। মথোয় অনিগী তুংণ্ডইননা নন্দ নিংথৌ অমসুং মচিন-মনাও ময়াম য়াওরকই। কৃষ্ণ অমসুং বলরাম মচিন-মনাও অনিগী নিংথিবা শাবান অমসুং শুক্নৎনবা মাইথোং অনিদু মীয়াম পূম্নমক্না উবদা ময়ামগী মিৎয়েং অমতা ওইনা মচিন-মনাওদা থমখি।

অদুগী মতুংদা বলরাম মচিন-মনাওনা ধনুযজ্ঞ তৌফম তান্না চংশিল্লমই। যজ্ঞ-শালাদা শুণ লৈরবা ইন্দ্রগী লিরুংগুম্বা লিরুং অমা লৈরমই। অয়াম্বা মীনা লিরুংদু ভাক্নবা পূজা তৌরমই। শ্রীকৃষ্ণনা নিভাইবা লৈতনা পরপ-পরপ চংদুনা মীয়াম মমাংদা শামুলাবা মচুম তাবনা চুশাং থুদেকপগুম লিরুংদু লৌদুনা ওইথংবা খুউদা থাহুনা থুদেকখি।

লিরুং থুদেকপা পাগুডু কংস নিংথৌনা তাবদা য়াম্না কীখিরমই। কৃষ্ণবু হাৎনবা লান্মী ময়াম থাজিনখি। রাম-কৃষ্ণ অনিনা লিরুং মতেক অনিনা খুৎলাই ওইদুনা কংস নিংথৌগী লান্মীশিংদু অমমম হাৎলক্লে। লান্মী পূম্নমক কাইদুনা চেন্নরক্লে। অস্তুম্না নুমিৎতু লেনখরে। নোংঙাল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মতম কুইনা কৈশুমশংদা লৈরবা-লৈরবী মপা-মমা অনিবু অরাফমদগী কনগে নিংখরে। ময়াম্বা বলরাম হৌদুনা কৃষ্ণনা মল তৌফমশংদা লাকখিরমই। ওন্থোকপনি, রাম-কৃষ্ণ অনিগী চংফম থোংদুদা কংসগী শামু লমশা অদুনা থৎতুনা লৈরমই। কৃষ্ণনা কুবলয়াপীড়গী মাউৎতা থোং থাদোক্লবা য়াম্না হায়জরমই। মাউৎনা ইবুংঙোগী মরাদু করিমতা লৌদনা ইবুংঙো তম্না শামু লমশাদু কাতি থাদুনা থৌজিল্লকই। কৃষ্ণচন্দ্রনা খ্বাংজেৎ তাখত্তুনা শামু লমশাগা লাম্বা ওইনবা হোৎচিনখি। ইবুংঙো তম্না কুবলয়াপীড়না ময়া অচৌবা অনিদু থিংগৎতুনা মনাতোন্না মাং থাদুনা ইবুংঙোবু য়েৎলগা লৈবাক্তা থাদদুনা নিংথিরবা থবাক্তা অচৌবা ময়াদুনা থিন্দুনা হাৎকে হায়বগী মওংগুম তোৎনখি। অরেম্বনি! জগৎকী মপু, শিবা কৌবা লৈত্রবা— অশিবা কৌবা লাইনা ইবুংঙো মাগী য়াথংদা ঙাইরিবা! কৃষ্ণচন্দ্রনা হোৎচিল্লক্লিবা শামুগী ময়া অচৌবা অনিদু খুৎ অনিনা অমমম পাইদুনা স্নাখোংনা মরাইবক্তা কাউদুনা ফুক্তোক্লে। শামুদু নিংহন্না তুখিরমই। থুদকতুদা ইবুংঙোনা হোৎচিন্দুনা ময়া অচৌবদুনা মরাইবক্তা থাদুনা হাৎখিরমই।

মাগুব মনুংদনি। রাম-কৃষ্ণ অনিনা হেক চংলকপদা কংসগী অকন-অথৌ চানুর অমস্তুং মুষ্টিক অনিনা চোংথোক্লকই। কৃষ্ণনা

চানুরগা লোইননা মল্লযুদ্ধ তৌনরমই, রামনা মুষ্টিকা লোইননা লাক-নখিরমই। ভাহাক পুঙ্গোই পান্থোম পান্থোম পাইনদুনা লাক্লখি। জগৎ সংসারপুম্বনা নাম্মা লেপ্পবস্থ ভম্মরোইদবা ইবুংঙো অনিনি। কৃষ্ণচন্দ্রনা চানুরগী মখুৎ অনিদু পাইশিল্লগা হুরু-হুরু লৈরগা লৈবাক্তা হাইহৎতুনা থাদখিরমই। মকোক থুগাইদুনা হাৎখিরমই। অম-রোমদা বলরামনা মুষ্টিকতু ভাহাক চোংশিন-চোংশিন্দুনা কিন্না থিনখি অমস্তুং খোংপাক্লা কাওনখি। মুষ্টিক্লা বলরামদা খুদুম্মা কন্না শুখিরমই। বলরাম্না খুদকতুমক্তদা মুষ্টিকী শবাক্তা শাফু কন্না খোংপাক্লা শাথিনা কাওখিরমই। মুষ্টিকতু মচিন্দা ঈ থোক-থোক হাথদুনা লৈবাক্তা হাইথদুনা শিখ্রে।

অনিদু শিবা উবদা কুট হায়না কৌবা অকন-অগোদু বলরামগী নাক্তা হোৎচিল্লকই। বলরামগী ওইথংবা কিন্না কুটকী মকোক থুগাই-দুনা হাৎখি।

## ২৯

# কংস হাৎপা।

মথং মথং ওইনা রাম কৃষ্ণ মচিন-মনাওনা কংসগী অকনা অথৌ শল তোশল, চানুর মুষ্টিক অমসুং কুটনচিংবা হাৎতোক্লে। অকন-অথৌ পূম্নমক রাম-কৃষ্ণগী খুত্তা মাযথিবা ফংলে। খরনা মথরাই থারে, খর অমনা মথরাই হিংনবা চেনখ্রে। সঙ্গাইথক্তা ফমলিবা কংস নিংথৌদু অশাওবগী ভুমখৈ লৈতরে। অভাং থনিনা অস্তক যাম্বা অকন-অথৌ মযাম হাংচল্লকপা উবদা নিংথৌ কংসদু মশাদা মিপাইরক্লে।

খভতোদনা শ্রীকৃষ্ণন লৈবাক লৈমগী অরাবা কোক্লবা অমসুং মরাল লৈতবা-লৈতবা মপা-মমা অনিবু অরাবা কোক্লবা অমসুং অহল ওইরবা নিংথৌ উগ্রসেনবু থন্নবগীদমক্তা কংসগী নাক্তা চোংশিন-খিরমহ। হবুংভোনা নিংথৌ কংসগী শমদু প 'হুনা লৈবাক্তা নিংথর-মক্তদা মকোক্তগী পূত্তপ অদু তাখরম্মী অমসুং অরাংব সিংহাসনদগী নিংথুরম্মী। অরাংবদগী শাবুগা লোইননা লৈবাক্তা শুজনদুনা তাবমক্তদা বিশম্ভর কৃষ্ণনা মথকতা চোংথরকহুনা নেৎলম্মী। খুদক অদুমক্তদা কংসগী মথরাই থারম্মী। অশিবা হিংচাবগী মশা অদু মযানগী মনাওদা নোংশানা শামু যাইশবু চেন্দুনা পুনশুম শোরো শোরো লাক্লুনা চিংথোক্লম্মী। কংস শিরে তাবদা মী পূম্নমক রা রা লাটবগী খোঞ্জেল্লা মাযকৈ তরামক্তা পূম্নিল নিল্লম্মী। হিংলিভেদা হিংচা-যাইতম্বা তমথিবা নিংথৌ ওইদুনসু চাবা, থকপা, তুম্বা, হিপ্পা মতম

খুদিংমক্তা চক্রপাণ কৃষ্ণদবু খন্দুনা লেরম্বগী মথক্তা মথুংমক্তদা মথাই থারবনিনা ধ্যান তৌবদা যৌঙমদ্রবা শক৺৺ নিংগিবদু ফংথিরম্মী।

মযাম্বা নিংথৌ কংস হাংলে হায়বা পাওসি মনাও কঙ্ক অমসুং নাগ্রোধনাচংবা নিপান্না তাখিরমহ। নিপানমক মযাম্বগী লম্মন শিংনবা মথুং মথুক্তা মতিকচাবা খুংগাই পাইদুনা হোৎচিল্লক্রে। বলরামনা মখোয ময মচু নোংশানা যণলুপ্তা নৈথাইদুনা হাৎপঙ্গুম অমমম ওইনা হাণ্ডোকখিরমহ। নুামৎতু পাপী মযামগী লানবা—শিবা ওইখরে।

মথুরাদা লেবা হিংচাবা পূম্নমক অযাম্বনা রাম কৃষ্ণগী মথুবাক্তা শিরে। লেমহৌবশিংনা মথরাহ হিংনবা উনং-রামং, চাংনুং, জঙ্গলদা চেনখরে। মথুরা লৈবাকতু নুমিৎতুদগী হৌদুনা ধর্ম্ম লৈবা মীগী লৈফম ওইখরে। ধর্ম্ম লৈবা লেবা মাপূম খুদিংমক্তা রাম-কৃষ্ণবু খুকমজবা লাক্লম্মা।

রাম-কৃষ্ণ অনিনক থুনা যাংনা কেশুমশং তান্না লেংখিরমই। কৈশুমশংদা কংস নি৫ গৌগী কণ্ডবা মনাহ অমতা লৈরমদে। মখোয পূম্নমক কংস শিরে তাবদা মংরাহ হি নবা চেনখ্রে। রাম-কৃষ্ণ অনিনা কৈশুমশংগী থোংজাওদু খুদেণতুনা বসুদেব-দেবকী অনিগী যোৎহিলং পোলাং লোথোকাখ।

মচিন মনাও অনিনা মপা অমসুং মমা অনিগী খুযাদা খুকমজখি। বসুদেব-দেবকী অনিনা রাম কৃ৭ আনবু মচানি হাযনা নিংখিদরে, লেপ্পমক জগৎকী মবুংঙেগী শাহযোম্নি হাযনা লৌখরে।

**লোইরবা।**